# অথোইবশিংগী পুন্সিগী ৱারী

১৯৮৩

অইবা :--
শ্রীসৌগাইজম রোহিনীকুমার সিংহ

# অথোইবশিংগী পুন্সিগী ৱারী

অফোংবা ঃ—
এস, ইন্দু দেবী
য়াইস্কুল মোইরাংখোম

মমল লুপা ১০'০০

# অথোইবশিংগী পুন্সিগী ৱারী

—( ০ )—

## মোরার্জী দেসাই

মোরার্জী দেসাই গুজরাটকী ষ্টেটকী সুরাট জেলাগী মনুংদা লৈবা ভাদেলী খুঙ্গংদা খৃঃ ১৮৯৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ২৯ দা পোকই। মপাইবুংঙোনা রানচোদজী ভাবনগরদা স্কুলগী ওঝা ওই-রম্মী। মমা ইকেম্মগী মিংনা ৱাজিবেন ( Vajiben ) কৌই। মখোয়সি "অনাবীল" (Anavil) ব্রাহ্মণ শাগৈনি।

মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না লৈরকই, লাইরিক লাইশু নীংথিনা তম্লম্মী। মশাগী চহি ১৫ রোম শুরকপা মতমদা মপা লৈখিদ্রে। মপানা মহাকপু য়াম্না লুনা তৌজৈ "মোর" হায়না কৌই। গুজরাতি লোন্দা মোর হায়বদি ৱাহোং লাবা হায়বনি। মচিন মনাওশিংগী মনুংদা মানা খ্বায়গী অহলনি। অহুনা মপা লৈত্রবা তুংদা ইমুং মনুংগী ভার পুম্বা মহাক্না পুবা তারম্মী।

মোরার্জী দেসাই খৃঃ ১৯১৭ তা বোম্বেগী উইলসন কোলেজ-দগী ফার্ষ্ট ক্লাসতা বিঃ এঃ পাস তৌই। মতুদগী বোম্বে

প্রোভিনসিয়েল সিভিল সার্ভিসতা চংলম্মী। খৃঃ ১৯১৮ গী মে থাদা দিপুটি কলেক্টর ওইনা অহমিদাবাদতা থবক তৌবা হৌই। অস্তুম্না সরকারগী থবক্তা চহি ১২ তৌরবা মতুংদা খৃঃ ১৯৩০ গী মে থাদা বৃটিশ সরকারগী ওফিসার ওইবগী থবক অদু থাদোক্লমই।

মহাত্মা গান্ধিনা ভারত মনিংতম্নবা অকনবা অন্দোলোন হৌবা মতাংদা মরৈবাক্কী য়েংহুনা থবক থাদোকখিবনি।

মহাক্না থবক থাদোক্লমদাইদা চহি '৩' লোম মপুক্লিংদা য়াম্না খঙ্গানরম্বনি, অদুবু মমৈথংদদি মহাক্না অস্তুমনা লেপখি "মতমতুগী বৃটিশকী হায়বা ইনবা অমা ওইনা থবক তৌবা ভারত মচাশিংনতা মরৈবাক্কী মাংনবা তৌই"। ৱাখলসিনা মোরার্জীনা ওফিসার অমা ওইরমবদগী লাইনা থবক থাদোকপা ঙমখি। মতম থরদি ভারতকী সিভিল সার্ভিসকী মেমবরশিংনা মহাকপু নোক্লবিরম্মী।

অস্তুম্না মোরার্জিনা রাজনিতী য়াওরক্লবদা অহানবা চহি ৪ দি জেলদা তোইনা তারম্মী। খৃঃ ১৯৩০ দা থা ৩ হেন্না জেলদা তাখি। খৃঃ ১৯৩২ গী ফেব্রুয়ারীগী থাদা চহি ২ গী জেলদা লৈনবা হুকুম তৌখি। থা ৬ না সর্বমতী জেলদা মতুংদনা অহমিদবাদ অমসুং য়ারাদা জেলদা লৈখি! লমচৎ ফজবগীদমক খৃঃ ১৯৩০ গী ওক্টোবরদা থাদোরকই। অদুবু থাদোরকপা থাদুমক্তদা অমুক হন্না চহি ২ গী জেলদা থমগ্রে। মতম থরা লৈরবা তুংদা অসহযোগ আন্দোলন লেপ্পদগী খৃঃ ১৯৩৪ গী জুলাই থাদা থাদোক্লে।

অস্নুমা মতম কুইনা কংগ্রেসী অমা ওইনা ভারত মনিং তম্নবা হোৎনরক্লবদা খৃঃ ১৯৪০ দা অমুক হন্না ব্রিটিশ সরকারনা ফাজিনখ্রে। থা ১১ জেলদা তাখি। মতুংগী তংখায় অমনা সর্বমতী জেলদা তংখায় অমনা য়ারব'দা জেলদা থমখি। খৃঃ ১৯৪১ গী ওক্টোবরগী অরোইবা চয়োলদা থাদোরকই। অতুবু জেলদা তাবদগী অকিবা অমসুং অৱাবা লৈতনা জাতিগীদমক্তা হোৎনখি।

বৃটিশ ভারত থাদোকখ্রো হায়বগী অকনবা আন্দোলন হৌবদা অমুক হন্না খৃঃ ১৯৪২ দা মোরার্জী ফাজিনখ্রে মতম কুইনা জেলদা লৈখি। মনৈখংনা খৃঃ ১৯৪৫দা জেলদগী থাদোরকই।

বিধান সভাগী মীখলদা কারক্তুনা ১৯৪৬ তগী ৫২ ফাও বোম্বে সরকারগী মন্ত্রি মণ্ডলদা য়াওরগা গৃহ অমসুং রাজস্ব ( Home & Revenue ) মন্ত্রি ওইনা থবক পুরম্মী। মথংগী মীখলদসু অমুকহনর্না কারক্তুনা খৃঃ ১৯৫২ দগী ৫৬ ফাও অপুনবা বোম্বে ষ্টেটকী মুখ্য মন্ত্রি ওইনা থবক পুখি। খৃঃ ১৯৫৬ কী নোবেম্বর থাদগী ভারত সরকারগী জৱাহরলাল নেহরুগী মন্ত্রি মণ্ডলদা য়াওহনা বানিজ্য অমসুং উদ্যোগ ( Commerce & Industry ) মন্ত্রি ওইনা থবক পুবা হৌখ্রে।

মসিগী মতুংদা খৃঃ ১৯৫৮ গী মার্চকী তাং ২২ দগী শেল থুমগী মন্ত্রি ( Finance ) ওইরম্মী। মসি টিঃ টীঃ কৃষ্ণমচারিনা থবক থাকোকখিবদগী শেল থুমগী থবকসি পুখিবনি। থবকসি খৃঃ ১৯৬৩ ফাওবা পুরম্মী। কামরাজগী থৌরাংগী মখাদা মন্ত্রি

ফম থাদোক্নুনা কংগ্রেসকী সেমগৎ-শাগৎপগী থবক তৌদুনা লৈরম্মী।

শ্রীলালবহাদুর শাস্ত্রী লৈখিদ্রবা তুংদা প্রধান মন্ত্রীগী ফম-গীদমক শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিগা য়েৎনখি। ইন্দিৱানা প্রধান মন্ত্রী ওইরবা মতমদা খৃঃ ১৯৬৭ গী মার্চ্চ থাদগী মোৱার্জীনা উপ প্রধান মন্ত্রী ওইনা শেল থুমগী থবক পুরম্মী। মদু খৃঃ ১৯৬৯ গী জুলাই থাদা শ্রীমতি ইন্দিরানা শেল-থুমগী থবক্তু মোরা-জীগী খুত্তগী লৌথোক্লে। মদুদগী নুঙাইতবা ফোংদোক্নুনা ইণ্ডিয়াগী মন্ত্রী মণ্ডলদগী তোক্লমই।

অস্নুম্না নুংঙাইনদনা লৈরিঙৈদা ভারতকী রাস্ত্রপতি খনবগী মতাংদা কংগ্রেসকী মীরেপ্পা ভোৎ পীদনা ইন্দিরানা মাগী মীচং মখৈগা ইন্দিপেন্দেন্ট কেন্দিদেট ভিঃ ভিঃ গীড়ীদা ভোৎ পীখি-দুনা কংগ্রেস মাইথিখি। মদুদগী কংগ্রেস অনি থোকখিদুনা কাংলুপ অমনা মোরার্জীনা লুচিংদুনা খাইদোক্লখ্রে।

অসিগুম্বা ফিভমসিদা খৃঃ ১৯৭১ গী ভারতকী মীথলদা ইন্দি-রানা কাখিবগী মায়োক্তা রাজনরায়ন্না কেস তৌবদগী ইন্দিরা মাইথিরমই। মদুদা ইন্দিরা প্রধানমন্ত্রীগী ফম থাদোক্লবা লৈপাক ইরাং হৌরকপদা ভারততা ইমারজেন্সি থমখি। মদুদা শ্রীমোরার্জী খৃঃ ১৯৭৫ গী জুন ২৫ গী নোংঙালমদাই মতমদগী ফাদুনা থা ১৯ জেলদা থমখ্রে। জেলদা লৈরিঙৈগী মনুংদা মহৈ-মরোং উহৈ ৱাহৈতা চাদুনা লেল্লম্মী। অস্নুম্না চহি অমগা থা তরেৎ জেলদা লৈরবা মতুংদা খৃঃ ১৯৭৭ কী জান্নুয়ারি তাং ১৮

দা থাদোরকই। কুম অসিগী ভারতকী লোক সভাগী মীখলদা গুজরাটকী সুরাট কেন্দ্রদগী মোরার্জীনা কংগ্রেসকী মীরেপ জসৱান্ট চৌহানদগী ভোট ২১৪৬৮ হেন্দুনা কাখি। শ্রীমোরার্জীনা কংগ্রেস (ও), ভারতীয় লোক দোল, জনসঙ্ঘ অমসুং সোসি-য়েলিষ্ট পূনশিন্দুনা শেমখিবা জনটা পার্টিগী মীরেপনি।

কংগ্রেসনা মীখলদা মাইথিবা মতুংইননা শ্রীমতি ইন্দিরাগী মন্ত্রী মণ্ডল যম থাদোক্লবদা ভারত্তা জনতা সরকার শেমবা তারনই। খৃঃ ১৯৭৭ কী মার্চকী তাং ২৪ গী নুমিংয়ুংবা মতুং মিনিট ২৫ চৎপা মতমদদি পার্লিয়ামেন্টকী সেন্ট্রেল হোলদা শ্রীজয়প্রকাস নারায়ন অমসুং শ্রীআচার্য্য কৃপালানী থুংলরে।

লোক সভাগী মেমবরশিংসু থুংলরে মোরার্জী দেসাইবু লুচিংবা খননাবা শ্রীরাজ নারায়ননা প্রস্তাব তৌখি অমসুং শ্রীঅটল বিহারি বাসপায়ীনা অনুমোদন তৌখি। মেম্বরশিংগী মোং মতুংইননা শ্রীআচার্য্য কৃপালানীনা শ্রীমোরার্জীবু পার্টিগী লুচিংবা খল্লে হায়না লাওথোক্লে।

শ্রীমোরার্জী দেসাই নুমিৎ অসিগী নুংথিল পুং ৩.৩০ তাবদা অশোক হোলদা ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইবগী ৱাশক লৌখি।

মহাত্মা চৌধরী চরন সিংহ, শ্রীজগজীবন রাম, শ্রীলালকৃষ্ণ অর্ডবানী, শ্রীপ্রকাশ সিংহ বাদল, শ্রীহেমবতী নন্দন বহুগুনা, শ্রীসিকন্দর বখত, শ্রীশান্তি ভুষন, শ্রীপ্রতাপচন্দ্র চন্দর, শ্রীমধু দণ্ডবতে, শ্রীমোহন ধারিয়া, শ্রীজর্জ ফর্ণাণ্ডীস, শ্রীপুরুষোত্তম

কৌশিক, শ্রীরাজ নারায়ন, শ্রীঐচঃ এমঃ পটেল, শ্রী বীজ পটনায়ক, শ্রপীঃ রামচন্দ্রন, শ্রী অটল বীহারী বাজ পেয়ী, শ্রীরবীন্দ্র বর্মা মীওই ১৯ সিগা লোয়ননা কেন্দ্রীয় মন্ত্রী মণ্ডল শেমদুনা লৈবাক পূবা হৌখি।

শ্রীমোরার্জী দেসাইগী সহ ধর্ম্মীনী গাজারেন লমচৎ ফজবী অমস্তুং মপূকচেল তপ্পী মীয়োক মীচান ফজবী ভারত চনু অমনি। মখোয়না মচা নুপা অমগা নুপী অনিগা পোকখি। মচানুপী অমদি অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিদ্রে।

শ্রীমোরার্জী অথাং কনবা তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশনবা মীশক অমনি। লিচৎ শাজত্তা মপুন্সিগী ওইনা চাং নাইবা অমস্তুং অয়াম্বা মতমদা উহৈ রাহৈতা চাদুনা মশা ফনা লৈনবা হোৎনৈ। অতুমক্তনা শ্রীদেসাইনা মশাগী চহি ৮০ হেল্লবদা পৃথিবীগী থ্বাইদগী চাউরবা লৈবাক্কী মপু ওইদুনা রায়েল থৌরমগী থৌদাং লৌদুনা ভারতবর্ষবু ঙাকখি। শ্রীমোরার্জী দেসাইবু কার্ণাটক অমস্তুং উটকাল বিশ্ববিদ্যালয়না ডাক্তর ওফ লো (Honouris Causa) মীংথোল পিখি। অস্তুম্না চহি ২ইরোম পাল্লবা জানতা সরকার মন্নুংদা মোং তিন্নরক্তবদগী কায়খি। মদুনা মরম ওইদুনা প্রধান মন্ত্রি ওইবগী ফমবু জুলাই তাং ১৫ ১৯৭৯ দা থাদোকখি।

---

# বুদ্ধদেব

এশিয়া মহাদেস পৃথিবীগী ধর্ম্ম লাইনিং লিচৎকী হৌরকফম্নি। খৃষ্টান, ইসলাম, বৌদ্ধ, হিন্দুনচিংবা মালেম অসিদা চৎনরিবা লাইনিং লিচৎ পুম্নমক এশিয়া মহাদেসতগী হৌরক্লগা পৃথিবী শিনবা থুংনা শন্দোকখিবা মক্তনি।

লাইনিং লিচৎ পুম্নমকসিগী মনুংদা অচুম্বা অমসুং ঙাকপি-হৈবনা ধর্ম্ম ওইনা শন্দোক্তুনা নুমীৎকুম্না মালেম পুম্বা শিনবা থুংনা ঙাল্লিবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি ভগবান বুদ্ধদেবগী থৌজালগী শেংলবা খুদোলনি।

অন্ধ্রপ্রদেশতা বিজয়া পুরী কোবা লৈবাক মচা অমগী 'সকিটা' ( পোটানাকা ) কোন্নুংদা পালম্বা ইক্ষাকু বংশগী মহারাণী ২ লোনবা নিংথৌ অমনা অতোনবীগী খুজিন্দগী অহলহুবু মচাগা লোইননা কোন্নুংদগী তাম্থোকখি। মরাইবকথিরবী মহারাণীহুনা মচা পুহুনা অৱাং পাংনা লাক্লবদা হিমালয় চীঙখোং ময়াদা ভগবান ব্রহ্মঋষি কপিল মুনিনা মহাক্কী আশ্রমগী শরুক থরা পিহুনা কপিলাবাস্তু কৌবা কোন্নুং শেমহুনা পালহনখি। শাগৈ অসিবু সাক্য বংস হায়না খংনখি।

সাক্য বংসগী নিংথৌ সুদ্ধদননা দেবদাহদা পানবা কোলিয়া শাগৈগী নিংথৌ সুপ্রবুদ্ধগী মচানুপী মহামায়া অমসুং প্রজাপতি

গৌতমী কৌবী মচিন মনাও অনিমকপু মহারাণী হাপতুনা পালম্মী।

দেবী মহামায়াগী মমংদা তাইবংপানবা মপুনা শামু অঙৌবগী শক্তম লৌদুনা নোংদোল থক্তগী কুমথরক্লগা য়েংথংবা পূকচেল্লা চংথিরমই। থৌদোক অসিগী মতুংদা মীয়োল্লমই; অম্বুম্বা নাওপূ-রকপনা লোইদাম থাবুম ১০ ফারক্লবদা নোংমা মহারাণীনা মপামদা থৌদোক অমগাদমক চংলমই। অহুম্বা লুমিং অচু খৃষ্টগী মমাং (বিঃ সিঃ) ৬২৩ গী কালেন থানিলা (বৈশাখ পূর্ণীমা) লুমিংলে।

মপাম য়োদ্রিংঙৈদা থঙকোদনা নাওয়েক ফঙক্লুনা লম্বীদা তাইবং পানগী য়াইফনবগীদমক অহিংসা শন্দোক্লবা ভগবান শিদ্ধার্থ পোক্লমই। অম্বুম্বা হৌজিক ফাওবা বৌদ্ধশিংনা থাজনরি মদুদি ভগবাননা তেক পোকপগা মায়গৈ মারমক্তা খোং ফম তরেৎ তরেৎ থা দূনা লেংখি। মসিনা মালেমসিদা পোকথ্রবা অমদি পোক-লক্কদবা মীওইবা পুমনমক্তগী পুংহেল হেল্লি হায়বরু থঙহল্লি।

মচাইবুংঙো সিদ্ধার্থ পোকপগা ইকুই কুইদনা মমা ইবেম্মা মহাময়া নোঙ্গখি। শিদ্ধার্থনা তাইবংপান্দা খোংদরকখিবা মফম অদুবু হৌজিক ফাওবা লুম্বীনী লৈকোল হায়না থঙনরি। মমানা নোঙ্গথ্রবা তুংদা মমাইবেম্মা তোম্বী প্রজাপতী গৌতমীনা য়োকখি। অদুনা শিদ্ধার্থবু গৌতম হায়নস্ত্র থঙনখি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী গৌতমনা ৱাখল থনবা অমসুং মীয়ুংশি চাওবগী তোপ তোপ্পা শাজং লিচৎ অমা চংলক্লম্মী। নিংথৌ মচা ওইদগী থাং তা নিংথিনা তমহনবগা লোয়ননা মপাবুঙ

সুদ্ধদননা মচাবু দণ্ডাপাণীগী মচা ইবেম্মা অমকপা লৈতনা ফজবী লমচৎনা লৈতেংলবী থম্মোয় চেংলবী যশোধরাগা লুহোংবিরম্মী। অসুম্না নৌনা য়ুম্বনবগী থোংজিন্দা কানশিনহল্লবা তুংদা মচা ইবুংঙো রাহুল পোক্লে।

অতুবু সিদ্ধার্থনা শোল্লবা হমুবাগী শক্তম, লায়না পক্লবা মীগী অৱাবা ফিভম, অশিবা মরি মতাশিংগী কপ লাওবগী মীকপ মীরাঙ-খোল অমসুং তাইবংপানগী মুংঙাই-য়াইফবা থাদোক্লুনা অচুম্বা থিবা কোয়না চংপা লম্বোইবা অসিগুম্বা তাইবংপানগী শকঙংশিং অসি উরুবদগী নিংথৌমচা ওইবাগী কোন্নুং মনুংদা মুঙাই য়াইফনা পান্দুনা লৈথোক্কে থনখিদ্রে। অতুনা গোতমনা মশাগী চহি ২৯ শুরকপদা ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা অরানবা খুভম থিবা কোইনা চংখিরম্মী। অথং-অহৈশিংদগী লাইনিং লিচৎ তমখি, অতুদগী গয়াগী মনাক্তা লৈবা "উরুবিল্ব" কৌবা মফমদা লাই নিংলম্মী। মমৈথংদা বুদ্ধগয়াগী খোংনাংমখোংদা ফমতুনা তাইবং মপুবু নিংলবা মতমদা অশেংবা অরানবা খুভমবু ফংনাবা ( নির্বান ) লম্বীতু থংবা ঙমখি। মফমসিদা লাইনিংলিঙৈদা সুজাতা কৌবী নুপী অমনা তত্তনা ভগবান সিদ্ধার্থদা সঙ্গোম ক্ষীর পিজখি। অরানবা খুভম ফংনবা মঙালসি ফংলবা মতমদা গোতমবু বুদ্ধ হায়না খংনখ্রে। গোতম দেবনা শন্দোকপা লাইনিং লিচৎপু বৌদ্ধধর্ম্ম হায়না খংনরম্মী।

অসিদগী সর্ব্বজ্ঞান পুমনমক্তা তিল্লবা প্রমেশ্বর গোতমনা শ্রাবস্তীগী আশ্রমদা লেঙক্লুনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখি। তথাগতগী শেংলবা অমৃতগী মশক ওইরবা ধর্ম্মগী

পাউতাকশিং অদূবু মালেমসিগী মীওইবা কোটি কয়াগী থম্মোয়দা চীংশিনখি। ভগবানগী শিশ্যশিংগী মনুংদা মহাভিক্ষু, আনন্দ, ভৃগু, ভদ্দিয়, অনুরুদ্ধ, কিম্বল অমসুং দেবদত্ত সাক্য কুমারশিং অমসুং মহাকাশ্যপ নিংশিংবা য়াই। বুদ্ধদেবনা কাশীগী সারনাথ, শ্রাবস্তী, রাজগৃহ, কোশল, বৈশালী অমসুং কস্বে নচিংবা মফমশিংদা কোয়না লেংদুনা ধর্ম্ম শন্দোকখি।

ভগবান গৌতম বুদ্ধদেবনা নির্বানগী অশেংবা লম্বী নিপানবু তাইবংপান্দা অসুম্না তাকপিরম্মী :—

থরাই পানবা পুমনমক্কী মপূন্সিসে অৱাবনা থল্লি। অৱাবা থৌদোকশিংসিগী হৌরকফম লৈ। অৱাবশিং অসি মাংহনখিবা য়ায় অমসুং মাংহনখিনবা লম্বেল লৈ। লম্বেলশিং অদুদি :—

১। অচুম্বা লম্বেল চত্নবা ঙাকপীহৈবা অমসুং থৌজালবু য়েন্থোকপা।

২। অচুম্বা ৱাঙাং ৱাহৈনা অশাউবা অমসুং মিনম্ববু ঙাকথোকপা।

৩। অচুম্বা লমচৎনা ময়াইকাবা অমসুং হিংসাবু মাংহনবা।

৪। অচুম্বা অহিংসা নীতিদা পুন্সি লেন্দুনা অতোপ্পগী ৱানবা অমসুং মাংনবা তৌরুদবা।

৫। অচুম্বা থৌনাদা ইশাবু অমসুং সমাজবু ফজবা লমচৎ শেমগৎপা।

৬। অচুম্বা লেংদবা ৱাখলনা তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশিনবা।

৭। অচুম্বা সঙ্গ তৌতুনা চাউথোকপা অমসুং নাপলবু থাদোকপা।

৮। অচুম্বা অরেপ্পা পুক্নিংদা ৱাখলবু মচোই মচোইহন্দবা।

তথাগত'না অসিমস্থু তাকপীখি "মীওইবগী থৱাইদি শিবা নাইদে। স্বর্গ অমসুং নরক হায়বসি মীগী ৱাখলনা পোকহন-বনি মফম অমমুক লৈতে। তাইবং পান মপুগী মফমদদি মীওইবা হায়বাসি থাক চপ মান্নে; জাৎ অফবা অমসুং ফত্তবা হায়না অমুক খাইফম থোক্তে।"

অসুম্না মতম কুইনা ধর্ম্ম শন্দোক্তুনা লৈরিঙৈদা কোলিয়া শাগৈগা সাকৎ বংসগা লাল তৌনবদা মপাবুঙ সুদ্ধদন লাল-ফমদা তুপ্লে; অদুনা মমা ইবেম্মা তোম্বী প্রজাপতী গৌতমীবু আশ্রমদা পুরক্তুনা বুদ্ধ সন্ন্যাসী ওইহনখি।

থোৗদোকসিগী তুংদা বূদ্ধদেবনা অহল ওইরক্লবা মতমদা মহা পরিনির্বানগী মতম য়োৗগদবা চহি অনিতা ঙাইরক্লবা মতাংদনি কোশন দেশকী নিংথৌ প্রসেনজিৎকী সাক্য নিঙোলনা পোকপা মচানিপা বিতুদভানা মমাগা লোয়নননা মপামদা চৎলুবদা জাৎ হন্থবনি হায়না নোক্নরকপদগী মহাক্না নিংথৌ ওইরবা মতমদা লান্দারক্তুনা সাক্য শাগৈ তুম্না হাৎখি। নোংমা নিংথিজরবা কোম্লুং ওইরম্লবা কপিলবস্তু সহরসু লৈকংলা ওনখ্রে।

মসিগী মতুং চহি অনি লৈরগা মশাগী চহিনা ৮০ শুবদা প্রমেশ্বর গৌতমনা চহি ৩৬ শুবদগী চহি ৪৩ চুপ্পা পৃথিবীদা ধর্ম্ম শন্দোক্লম্লগা খৃষ্টনা পোক্কদবা মমাং চহি বিঃ সিঃ ৫৪৪ গী

কালেন থানিল ( বৈশাখ পূর্ণীমা ) মমিত্তা কুশিনারগী ( কুশি নগর ) আশ্রমদা মহাপরিনির্বান ওইদুনা তাইবংপান থাদোক্তুনা নোঙাখি।

থৌজালনা মহাক্কী থম্মোই থল্লবা শাগৈ জাৎকী থেন্নবা থমদনা মীওইবগী কাংলুপ পুম্নমকপু অমত্তা ওইবা মীৎয়েংদা চিংশিন্দুনা য়েংথিনবা লৈতনা চান্না চিন্নবা অহিংসানা অমদি অচুম্বতনা পাম্বৈ ওইনা পুম্না লৈমিন্নানবা মালেমশিনবা থুংনা হোংনরম্নবা ভগবান বুদ্ধদেবগী থৌজালগী মঙালনা চীনা, জাপান, কোরিয়া, বার্ম্ম, মাঙ্গোলিয়া,কম্পুচিয়া, থাইলণ্ড, লাওস, ভাইটনাম তিব্বত, ভূতান, ফোর্মোসা অমসুং শ্রীলঙ্কানচিংবা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা লৈবাক ওইরি অমসুং মশিং থিঙমদ্রবা মীওইবা কোটি কয়াগী থম্মোয়দা কাউবা লৈতনা ভগবান তথাগতগী শেংলবা শক্তম অমদি লুরবা আম্বতগী পাওতাকশীংদু শক শোন্নরী।

---

## শ্রীনেহরু

জৱাহরলাল নেহরু খৃঃ ১৭৮৯ গী নোভেম্বর তাং ১৪ দা এলাহাবাদ ( ইউ, পি ) তা পোকখি। মপা ইবুংঙো মোতিলাল মতমদুগী অফাওবা উকিলনি। মমা ইবেম্মগী মিংনা স্বরূপরানী

কৌই। মখোযগী শাগৈগসি মোগোল নিংথৌরেল ফরুখসিয়ার (Farrukhsiar) গী মতমদা কাশ্মীরদগী লাকলগা দিল্লিদা মতম খরা লৈরম্লগা মমৈথংদা এলাহবাদতা খুন্দায়রবা ব্রাহ্মণ শাগৈনি। মপানা পোকপা মচিন নৌপা অহুমগী মনুংদা মহাক্না অহলনি; মচল স্বরূপ (বিজয়ালক্ষ্মী পণ্ডিত) অমসুং কৃষ্ণা খৃঃ ১৯০০ অমসুং ১৯০৭ দা পোকপনি।

শ্রীনেহরু মযুমদা মনা মপাগী য়াথং মখাদা লাইরিক লিং-খিনা তমলম্মী। মশাগী চহি ১৫ শুরকপদা বিলাটতা হারো (Harrow) দা লাইরিক নখা তমখরম্মী। মফমসিদগী ১৯০৭ তা কেমব্রীজ (Cambridge Trinity College) বিশ্ববিদ্যালয়দা হোংলম্মী। মফমসিদা খৃঃ ১৯১০ দা মহৈ তম্বা লোইরম্মী। অতুবু মহাক্না অক্সফোর্ড (Oxford) দা মখা অতোপ্পা হিরমদা তমথনিংই অতুবু মপানা য়াম্মদে। মপাগী নীংবা মতুং ইন্না বিলাট-কী "Inner Temple" দা লৈরগা উকিল তম্থি। মদু লোইরগা খৃঃ ১৯১২ দা বিলাট থাদোক্লগা ভারততা থুংলরে। অদুগা উকিলগী থবক তৌবা হৌখি। বিলাটতগী হল্লকপদা শেংদোকপা হায়বা মতু য়াদবদসু শাগৈনা মখুং চাদে। মতু শ্রীনেহরুদি য়ারমদে অমসুং শেংদোকপগী থবক তৌহনখিদে। মমৈথংদদি অতুগুম্বা শেংদোকপা হায়বা থবক্তু মুংথংখি।

খৃঃ ১৯১৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ৮ দা চহি ১৭ শুরবী কমলা কৌবীগা লুহোংলম্মী। কুমসিদা মহাত্মা গান্ধীগা উন্নবা হৌখি অমসুং রাজনিতিদা কন্না য়াওদুনা লৈবাক্কীদমক্তা হোৎনবা হৌখি।

লুহোংবা মতুং চহি ২ লৈরগা মচানুপী ইন্দিরা পোকই। অদূবু য়াম্না নহা ওইনা কমলানা খৃঃ ১৯৩৬ তা লৈখিদে।

নোংমা রেল তোংতুনা চংলিঙৈদা জালিয়ানৱালা বাগতা মিতাংপগী থৌ রাং পুখিবা জেনরেল ডায়রনা মাগী কাদা তোংলমলে। মহাক্না ভারত মচাশিংবু হাংপগী ৱারীদু পোংদুনা চাউথোক্লি। ডাংবদু মহাক্না তারুরে। মদুদগী মথৱায় য়াম্না শোকখি। মপুন্সিগী ভারত মনিং তম্নবা হোৎনবগী থৌরাংদা ৱাশকপগা লোয়ননা চঙশিনখ্রে। মসিদগী মাগী পুন্সিসি মখোং নামনা জেলদা মখোং নামনা মপান্দা লৈবা হায়বদু ওইথি। খৃঃ ১৯৩০ দা Civil disobedience গী ঈহৌদা কন্না মথৌনা ফনা হোৎনবদগী শ্রীনেহরু অসি মহাত্মা গান্ধীগী হেক মথংদা লৈবা কংগ্রেস লুচিংবা ওইখ্রে। মহাক্না ভারতকীদমক হোৎনবদা জেলদা কয়ারক হন্না তাখি।

শ্রীনেহরু ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী সভাপতি ৫ রক ওইখি। ভারতনা মনিং তমলবা মতমদা মহাক প্রধান মন্ত্রী ওইরম্মী। ফম অসি খৃঃ ১৯৪৭ তগী খৃঃ ১৯৬৪ ফাওবা ওইরম্মী।

মহাক্না লাইরিক খরসু ইরম্মী, মদুগী মনুংদা "Discovery of India", "Glimpses of World History," "Letters from father to his daughter" অসি থোইদোক্না নিংশিংবা য়াই।

শ্রীনেহরুগী পুন্সিগী লোইরমদাইদা মপূক্নিং মুংঙাইতবা কয়া থোকখি। মদু মরু ওইনা পাকিস্তান্না কাশ্মীরগী অৱাং অনসুং

নোংচুপ্তা লান্দারক্কুনা মখোয়না লম থরা মুনখিবা অতু খাগীশিংনা ভারতকী ঙমখৈদা ওৎ নৈরকপদগীনি।

খাগীগী প্রসিদেন্ট মাও-সে-টুংনা খৃ; ১৯৫০ গী জানুয়ারী তাং ১ দা লাওথোকখিবা মতুং ইন্না ভারতকী অৱাংদা লৈবা তিব্বত লৌশিনখ্রে। দলাই-লামা তিব্বত থাদোক্কুনা খৃঃ ১৯৫৯ দা ভারত্তা চেল্লকলে; শ্রীনেহরুনা তাইশিন্নবা হোংনবা মমৈ-থংদদি অৱেস্বা ওইখ্রে। মদুগী মতুংদগী খাগীশিংনা ভারতকা খাগী লৈবাক্কা লোন্নবদা ভারতকী লমদগী বর্গ মাইল ৪০,০০০ মখোয়গীনি হায়না লাউবা হৌরম্মী। মখোয়গী লাণ্মীশিংনা ভারতকী লমদা য়াম্না তোয়না চঙশিল্লকলম্মী। মসিনা দেশকী লৈঙাক্তা খুদোংথিরকপা মতুং ইন্না শ্রীনেহরুনা খৃঃ ১৯৬২ গী ওক্টোবর তাং ১২ দা মখোয়বু ভারতকী ঙমখৈ মন্থুংদগী তান্থোক-নবা হুকুম তৌখ্রে; অদুবু থাদুগী তাং ২০ দা খাগীনা ভারতকী মথক্তা ফোংনা লান্দারকলম্মী। লানফমসিদা ভারতকী লাণ্মী লিশিং ২ দগী হেন্না শিখি। মমৈথংদা খাগীশিংনা ভারতকী ৱাংমদা হন্দোকখি অদুবু কাশ্মীরগী অৱাংগী শরুক "অকসাই চীন"দি মখোয়না লৌশিনখি। মতুদা সিংকিয়াং তাবা লম্বী শেমজিন্দুনা শিঙিল্লখ্রে। খাগীশিংনা পাকিস্তানগা লৌতুনদুনা ভারতকী মপান্ঙল শোন্থনবস্থ কন্না হোৎনখি।

অস্নুম্না শ্রীনেহরুগী পুন্সিগী লোয়রমদাইদা য়াম্না নীংবা কায়বা ওইরম্মী। অস্নুম্না মশাগী চহিনা ৫৮ শুবদা ১৯৬৪ গী মে থাগী তাং ২৭ কী অয়ুক্তা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি চহি ১৭

ওইরম্মগা নোঙ্গাখি।

শ্রীনেহরুনা পাংথোকখ্রবশিংগী মনুংদা নিংশিংবা য়াই, চান্দনগর খৃঃ ১৯৫১ গী জুনগী তাং ৯ দা ফ্রান্সতগী ভারতমা লৌশিল্লী, পোণ্ডিচেরি, মাহি, কারিকাল অমসুং ইনামনা খৃঃ ১৯৫৬ কী মে ২৮ দা ভারততা পুনশিল্লি। মাদুগা অমসুং নগর হবেলী ভারতনা লৌশিনবদা পোর্টুগালনা ৱাল্তগু কোর্টতা কেশ- তৌই অমসুং ভারতনা ঙম্মী। খৃঃ ১৯৬১ গী ডিসেম্বর ১৮ দা ভারতকী লান্মীনা পোর্টুগালদগী গোৱা, দামন অমসুং ডিউ লৌখিল্লী। অসুম্না শ্রীনেহরুনা পাল্লিবদা ভারতপু শায়েল ঙায়েনগুম য়েন্নহুনা পাংলবা ইউরোপকী শক্তিশিংবু তাম্থোকহনা ভারতপুম্না মপুংফানা পুনশিনখি।

---

# ইন্দিরা গান্ধি

পৃথিবীদা খ্বাইদগী মতিক মগুন লৈবা চাউরবা লৈবাক্কী মপু ওইহনা চহি ১১ চুপ্পা লৈবাক ঙাক্লখিবা ভারত চমু শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধি খৃঃ ১৯১৭ কী নভেম্বরগী তাং ১৭ তা এলাহাবাদ সহরগী আনন্দ ভাবনদা পোকই। ভারতকী স্বর্গীয় জৱাহরলাল নেহরু অমসুং কমলা নেহরুগী অমংতা ঙাইজবী মমোমনি।

শ্রীমতি ইন্দিরানা পোকপা কুমদগী পৃথিবীগী ইতিহাসকী অনৌবা য়াওন অমা হৌনবা রুশিয়াদা প্রজাগী অচৌবা অন্দলন হৌখি। কম্যুনিষ্টকী জগৎ পৃথিবীদা লিংখৎপা হৌখি।

অঙাং ওইরিবৈদা ইন্দিরাবু মমা মপানা প্রিয়দর্শিনী হায়না কৌরমই। ইমুং মনুং অমদি কৈরোই লৈকায়নদি ইন্দু হায়না কৌই। ইন্দিরা এলাহবাদ, পূনা, বোম্বে, বিশ্বভারতী স্বুইদ জালেণ্ড অমসুং ওক্সফোর্ডকী সোমেরভেলী কলেজদা মহৈ তমখি।

মশাগী চহি ১২ শুরকপদা চর্খা সঙ্ঘ অমসুং বানর সেনা লিংখৎতুনা জাতিগী মনীং তম্নবা হোৎনবদা মতেং পাংখি। বিলাটত লৈরিবৈদসু "ইণ্ডিয়া লিগ" কী অচৌবা থৌদাং কয়া পাচথোক্লবা হোৎনখি। মহাক কংগ্রেসী অমা ওইনা খৃঃ ১৯৩৮ দগী মপূং ফানা রাজনিতিদা য়াওবা হৌখ্রে।

মমাইবেম্মা কমালা নেহরু নাবা লায়েংবা স্বুইদজালেণ্ডদা লৈরিবৈদা ফিরোজ গান্ধীগা উন্নখি। মখোয় অনি লৌনা লৈনবগী ৱারেপনরমই। ইন্দিরানা ভারত্তা হল্লকপা মতমদদি মখোয়গী লুহোংবগী মায়োক্তা ইমুং মনুংনা কন্না থিংলমই। ইন্দিরানা ব্রাহ্মনগা লুহোংগদবনি হায়বসি মানা য়ানিংলমদে। মপাগা পোকনীন্নবা মনেম কৃষ্ণাসু মতোপ্পদা অতুমক লুহোংখি। অশুম্না মখোয়গী অয়েংপা অহু তোকাখিনবা হোৎনরমই। মমৈথংদা অহল লমনগী অয়াবদা ইন্দিরানা ফিরোজ গান্ধিনা খৃঃ ১৯৪৬ কী মার্চ ২৬ তা লুহোংলমই। মখোয়না রাজিব অমশুং সনজোয় কৌবা মচানিপা অনি পোকই। মহাক

ভারত মনিংতম্বগী অন্দোলনদা খৃঃ ১৯৪২ দা জেলদা লৈখি। খৃঃ ১৯৫৫ দা মহাক ভারত কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিতিগী মেম্বর ওইরে।

ইন্দিরা গান্ধীনা মপাগী মতু ইন্দুনা রাজনিতিদা কন্না য়াওবা হৌরম্মী। খৃঃ ১৯৫৯ দদি ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী সভাপতি ওইখি। মপাগা লোয়নদুনা নহা ওইনা ভারতকী নফম অয়াপ্পা অমসুং পৃথিবীগী অচৌ অচৌবা লৈবাক কয়াদা কোয়না চৎতুনা লৈবাক ঙাকপগী থৌওং কয়া য়েংখি। মপাদুং শ্রীনেহরুনা লৈখিদ্রবা তুংদা, লাল বহাদুর শাস্ত্রীনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইবা মতমদা ভারত মন্ত্রিমণ্ডলদা য়াওদুনা ই পাউ অমসুং লাউথোকপগী মন্ত্রি ( Information & Broadcasting ) ওইনা লৈবাকী থবক পূবা হৌখি। মতমদুদা মহাক রাজ্য সভাগী মেম্বর ওইনা খল্লে। পাকিস্তাননা কাশ্মীরদা লান্দারকপা মতমদা মশামক্না লানফমগী মফম কয়াদা চৎতুনা পাকিস্তানগী ঈরাং অদু নমথনবা হোৎনরুই। অমুম্না লৈরিবৈদা লাল বহাদুর শাস্ত্রী থংহোদনা তাসকেন্টদা লৈখিদ্রে, অদুনা অনৌবা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি অমা খনবা তারম্মী। মোরাজী দেশায়গা ইন্দিরাগা ফম অসিগীদমক তাম্নখি। কংগ্রেস ( Parliamentary Party ) মম্পুংগী ওইনা ভোট পীনবদা ইন্দিরানা ৩৫৫ ফংখি। অদুগা মোরাজীনা ১৬৯ ফংখি। অমুম্না মমিং নিপাম্নী য়েৎনবা মতুংদা জানুয়ারী তাং ১৯ দা কংগ্রেস পার্টিগী লুচিংবী ওইরে। অমুম্না ইন্দিরা গান্ধীনা খৃঃ ১৯৬৬ জানুয়ারী

তারিখ ১৪ দা ৱাশক লৌতুনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইনা লৈবাক ঙাকপা হৌখি। চহি ৪ লৈবাক পুরকলবা মতুংদা অমুক হন্না কংগ্রেস মতুংদা অচৌবা য়েৎনবা থোরকলে। ভারতকী রাস্ত্রপতি খনবগী মতাংদনি। কংগ্রেসকী অশেংবা লেপ্লিবদি এন; এস, রেড্ডীনি অতুবু ইন্দিরানা মাগী মীচংদা লৈবশিংগা পুন্না ভি, ভি, গিরিদা ভোট পীতুনা কংগ্রেস মায়খিখি। মতুনা মতম ওইতুনা কংগ্রেস অনি থোকখ্রে। কাংলুপ অমনা মোরাজী দেশায়না লুচিংবা ওইখ্রে, কাংলুপ অমনা ইন্দিরানা লুচিংহৌরে। অসিগী মতুংদা নোংপোক পাকিকাস্তান্দা লালহৌ থোকলম্মী। মতুদা ইন্দিরাগী হৈশিংবা কয়া উৎতুনা লালহৌতু য়েংশিনখি। পাকিস্তান্না ফেংনা লান্দারকপদগী ভারতস্তু থুৎলাই পায়খৎখী। নোংপোক পাকিস্তানবু পাকিস্তান্দগী খায়দোক্লে অমস্তুং বঙ্গলা দেশ কৌদূনা অনৌবা লৈবাক শেমখি। থৌদোক অতু মায় পাকপগা লোয়ননা ভারতকী মীখলস্তু চহি অমা ৱাৎলিভেদা মাং জোননা তৌগনি হায়না লাওথোকলম্মী। খৃঃ ১৯৭০ গী ডিসেম্বর তাং ২৭ তা পার্লিয়ামেন্ট মুংথৎখি। অতুগা ওন্নকপা চহি খৃঃ ১৯৭১ দা ভারতকী অনৌবা মীবেপ খনখি। মীখন অতুদা ইন্দিরাগী কংগ্রেসনা মপুং ফানা মায় পাকলম্মী। মহাক মশামক রায় বেরিরিদগী কারকলম্মী। মহাক্না মতুদা ভোট ১৪৩৩০৯ ফংই। অতুগা রাজ নরায়ন্না ভোট ৭১৪৯৯ দমক ফংলম্মী, অস্তুন্না লৈবাক মরা চেংনা ঙাকপা হৌখি। অতুবু কুম অতুগী এপ্রিলগী তাং ২৪ দা রাজ নারায়ন্না ইন্দিরাগী মথক্তা মহাকপূ হেন্দুনা

কাখিবসি অরানবনি হায়দুনা বিচার শঙদা ৱাকৎপা হৌখি। চহি ৪ চুপ্পা এলাহাবাদ হায় কোর্টতা য়েৎনবা হৌখি। অরোইবদা খৃঃ ১৯৭৫ গী জুনগী তাং ১২ দা বিচার পতিনা ইন্দিরান' ভোট কাবা অসি লাল্লি হায়না লাওথোকখি।

কোর্টকী ৱারেপ অসি তাবদগী মাগী মায়োক্পা লৈবা পার্টি পুম্নমক্পা ইন্দিরাবু প্রধান মন্ত্রি তোক্নবা অকনবা খোল্লাও লাওবা হৌখ্রে। ইরাং অদু অসুম অসুম কনখৎলকলে। নুমিৎ ২০ নিগীদমক বিচার শঙনা হুকুম অদু লেপ্পা য়াখি। মহাক্না মতুং অদুদা সুপ্রীম কোর্টতা অপিল তৌখি। মদুগী রায়না ইন্দিরাবু ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইবা য়াহল্লম্মী অদুগা পার্লিয়া-মেণ্টকী মতাংদা মীফমদদি ভোট পীবগী মতাংদদি থিংলম্মী। মদুদগী অমুক হেন্না ইরাং অদু থোকপা হৌখ্রে। মাগী মীচংবা লৈবাশিংনা এলাহাবাদকী রায় অদু ককলবনি হায়না লৌই। অদুগা মাগী মায়োক্পা লৈবশিংনদি ভোট পীবদা য়াদবা মরম্না প্রধান মন্ত্রি ওইবগী হক লৈত্রে হায়দুনা লৌখি। অকিবা ফংনা ইরাং অদু কনখৎলকলে। মদু থিংননবা খৃঃ ১৯৭৫ গী জুনগী তাং ২৫ দগী লৈবাক অসিদা ইমার্জেন্সিগী হুকুম লাও-থোকখ্রে। পার্টিগী লুচিংবাশিং লোইনা ফাজিনখ্রে, প্রজাগী খোল্লাও পুম্নমক থিংখ্রে। মশাগী হিরম ২০ গী প্রোগ্রাম শেমদুনা অনৌবা শাসন হৌখি। মতুংসিদা খৃঃ ১৯৭৫ গী নোভেম্বর তাং ৭ তা সুপ্রীম কোর্টকী অরোইবা রায় ওইনা ইন্দিরানা মীখলদা কাবদু চুম্মী এলাহাবাদকী রায়দু কক্লে হায়না লাওথোকখি।

অত্থবু ইমার্জেন্সীদি লৌথোক্কে ; মতম শাংনা অদুম্মক চথখি। মদুগী মমুংদা মচা ইবুংঙো অতোম্বা সঞ্জোয় গান্ধীনা মাগী মতেং পাঙলম্মী অমসুং হিরম ৫ গী প্রোগ্রাম শেমহুনা চথবা হৌখি। ভারতকী পার্লিয়ামেন্টকী মপুন্সিস্থ চহি ৫ দগী ৬ তা শাং-দোকলে।

অসুম্না লৈরকপনা থা ১৯ ফারবদা ভারতকী মীথলসি খৃঃ ১৯৭৭ তা পাংথোকলগনি হায়না লাউথোকলে। ফাখিবা লুচিংবশিং মীথল ময়াদা থাদোকখি। কংগ্রেসকী মায়োক্তা লৈবা পার্টি পুম্নমক পুনশিন্দুনা জনাতা শেমহুনা মীথল পেংননবা শেম শাবা হৌখ্রে। মীথলহু মার্চ থাদা পাংথোকলম্মী। মীথলসিদা কংগ্রেস মায় পাকপা ঙমখিদ্রে। জনাতা অমসুং পুননা চৎমিন্নবা পার্টি কাংলুপ্না কারকপা মীশিংনা মাম্বা হেনখ্রে। মহুনা মরম ওইহুনা মার্চগী তাং ২১ দা ভারতকী ইমার্জেন্সী লৌথোকপগী হুকুম তৌখি। ইন্দিরা অমসুং রাজ নারায়ন রাই বেরেলীদা অমুক হন্না লেপ্পনি। কেন্দ্রসিদা মীরেপ মী ৯ থেংনখি। মী ৭ তি দিপোজিৎ মাঙখি। রাজ নারায়ন (জনাতা) না ভোট ১৭৭৭১৯ ফংখি অদুগা ইন্দিরা ( কংগ্রেস ) না ভোট ১২২৫১৭ তমক ফংহুনা মায়থিরে।

মচা ইবুংঙো সঞ্জোয় গান্ধীস্থ ইউ, পীগী অমেথী (Amethi) কেন্দ্রদা মী ৪ থেংনবদা ভোট ১০০৫৬৬ তমক ফংহুনা মায়থী-হোরে ; জনাতাগী মীরেপ রবিন্দ্র প্রতাপসিংহনা ভোট ১৭৬৪১০ ফংহুনা কাখি।

মীখলসিদা নীংশিংবা য়াই ভারতকী ৱাষ্ট্রপতি ওইখিবা নীলাম সনজীব রেড্ডী ( **Nilam Sanjib Reddy** ) অন্ধ্র প্রদেশকী ননদেয়াল কেন্দ্রদগী ভোট ২৫৮১৪৭ ফংদুনা কারকপনি। মাগী খ্বাইদগী নক্কবা মীরেপ কংগ্রেসনা ভোট ২২২৪০৪ তমক ফংখি।

মীখলগী ফল মতুং ইন্না কংগ্রেসনা চহি ৩০ পাল্লকপা লোয়ৗ্রে। ইন্দিরা খৃঃ ১৯৭৭ কী মার্চকী তাং ২২ দা ভারতকী এক্তিং. প্রেসিদেন্ত **B.D. Jatti** দা প্রধান মন্ত্রি ওইবগী থাদোক-চে লানশিনখ্রে।

ভারত পার্লিয়ামেন্ততা কংগ্রেসনা ওপোজিসনগী লুচিংবা ওইনা ফম্বা হৌখ্রে। ইন্দিরাগী মথক্তসু শাহ কমিসন অমসুং সি, বি; আই, না থিজিনবা হৌখ্রে।

ইন্দিরা গান্ধি প্রধান মন্ত্রি ওইবা তোক্লবসু ৱাজনিতিদগী তোকপদি তৌদে। মহাক কংগ্রেসকী লুচিংবী ওইনা লৈবা পাল্লম্মী। মতুনা মমৈথংদা অমুক হন্না কংগ্রেস অনি থোক্লদুনা ইন্দিরা মশামক্তা "ইন্দিরা কংগ্রেস" কৌবা ৱাজনিতি দল অমগী লুচিংবী সভাপতি ওইনা পুখি। মদু কংগ্রেস ( আই ) হায়না খংনৈ। চৈরকসিদা কর্ণাটাকাগী চীকমাগালুর কেন্দ্রদা লেপ্তুনা এমঃ পিঃ ওইনা কারক্লমই। মদুসু জনাটা সরকারনা মহাকপু এম; পিঃ ওইবা য়াহনখিদে।

অদুবু মোরার্জীগী মন্ত্রি মণ্ডল ৱাথল তিন্নরক্তবদগী জনাতা সরকার কাইরে। মোরার্জী ফম থাদোক্লে। চৌধুরি চরনসিংহনা মীখল তৌদ্রিবৈ চৈরক থা ৬ কী ওইনা খৃঃ ১৯৭৯ জুলাই ২৮

দগী প্রধান মন্ত্রি ওইনা সরকার পুরম্মী।

খৃঃ ১৯৮০ গী জানুয়ারী তাং ৩ অমসুং ৬ তা ভারতকী ৭শুবা মিথনগী ভোট থাদনরে; মতুগী মহৈ ওইনা ইণ্ডিরানা লুচিংবা কংগ্রেস (আই) না খ্বাইদগী য়াম্না কাবতা নত্তনা শরুক '৩' গী ২ হেন্না ফংলে। মীথল অসিদা কংগ্রেস (আই) না ৩৩০, লোক দোলনা ৩৮ অমসুং জনাতানা ২৭ থক এমঃ পিঃ ওইনা কাখি।

শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধি মীখল অসিদা ইউ, পীগী রাই বেরেলী অমসুং অন্ধ্র প্রদেশকী মেদাক কেন্দ্র অনিদা লেপ্পনি। অনিমক মায় ফজনা পারা কাখি। চরনসিংহ ফম থাদোকপগী চে জানুয়ারি তাং ৯ দা ভারতকী প্রসিদেন্ততা পিশিনখ্রে। নোংভাল্লগা ইন্দিরাবু মাগী পর্টিগী লুচিংবী ওইনা খল্লে অমসুং জানুয়ারি থাসিগী তাং ১৪ দা প্রধান মন্ত্রি ওইবগী ৱাশক লৌহুনা অমুক হন্না ভারত ঙাকপা হৌরে। নিংশিংবা য়াই মহাক্লা ৱাশক লৌবা মুমিৎ অসিদা মনিপূরগী নীংথেম মচা দরেন্দ্র সিংহস্থ চীফ মিনিষ্টর ওইবগী ৱাশক লৌখি।

———

# শ্রীমহাত্মা মোহনদাস করমচান্দ গান্ধি

পৃথিবী পূম্নমকপু হিংসা য়াওদনা নুংশিবা অমসুং থৌজাল-তনা শান্তি ওইবা থৌরাংদা অমত্তা ওইবা সমাজগী শকওংদা পুশিল্লকুবা হোৎনরম্লবা সর্ব্বজ্ঞানী মহাত্মা বাপূজী গান্ধী শাগৈদা করমচান্দ দেৱানগী ধর্ম্মপত্নী মহাসতী পুতলিবাইগী গর্ভদগী গুজরাট দেশকী পোরবণ্ডর সহরদা ইংশোক ১৮৬৯ গী ওক্টোবর তারিক ২ দা পোকখি।

মমা মপাগী ইতোন তোনবা মচানি অমসুং অঙাং ওইরি-বৈদগী মোহনদাস করমচান্দ গান্ধী হায়না খংনৈ। রাজকোট সহরদা লাইরিক লাইশু তম্লীবৈ মশাগী চহি ১৩ চঙলকপদা পূকচেল তপ্লবী অথাং কনবী কস্তুরীবাঈবু লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী থোংজিন্দা কানশিনবা হৌগ্রে।

মেত্রিক পরিক্ষা থাদ্রিবৈদা মপাইবুংঙো লৈখিদবদগী মতম খর মহাক্কী থম্মোইদা অৱাবা পোকলম্মী অদুবু নুংশিরবী মমাগী নিংথিরবা চায়োক্কী মখাদা লমহেন্দনা চৎথরকপনা মহৈমশিং তম্বদদি অপনবা অকাইবা থোকখিদে। অদুনা মেত্রিক পাস তৌবগা মতম খরা ভারনগর কলেজদা তমলমলগা সূর্য্য দর্শন তৌদুনা ঈশ্বরগী পুজা লোইদ্রি ফাওবা ময়াদা লিক্লা ফাউবা থাদখিদ্রবী মমা ইবেম্মা পুতলিবাঈগী মমাংদা য়ু, নুপী অমসুং শা হিংশা অহুম অসি ঙাক্কনি হায়না ৱাশকলমলগা বিলাটতা চৎতুনা চহি মরি মতৈ তমথদুনা বারিষ্টর পাস তৌখি।

মতম অদুদা পোকপদগী মীনম্বা ঙাঙকত্রবা মহাত্মাগী হিন্দু বৈষ্ণব অমসুং জৈন ধর্ম্মগী শেংলবা অচেৎপা নিয়মশিংনা ফাজিন্দুনা লৈরিবা থমোই অদুদা যিশুখৃষ্টগী মপুন্সিদা চৎখিবা অহিংসাগী লিচৎ অদুসু য়েকশিনবা হৌগ্রে। শোক ১৮৯২ দা মরৈবাক্তা হলক্তুনা বোম্বেগী ছিথাংফমদগী কাখৎলকপদা মমানা ত্তাইবংপান থাদোকখিবগী পাও তারম্মী। অৱাবসি থমোইনা খাংনা খাংনা উকিল ওইহুনা মরৈবাক্তা মতম খর থোইনা কান্নবা ফংদনা লৈরিঙৈদা ললোনবনা নেক্লবদগী খা আফ্রিকাগী প্রিটোরিয়গী ৱাজকোটত্তা উকিল লেপ্পা চৎখি। মফম অসিদা তেক থু.ঙবা মতমদা মীওইবগী সমাজদা কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা য়াম্না থিনা খেন্নবা ফিভমদা লৈরম্বা উবদা মহাত্মাগী থমোইদা অঙকপা অমা ওইনা পোকলম্মী। ভারতবাসীনচিংবা অঙৌবশিংদগী কুচু তোঙানবা কাংবুশিং অসিবু মীনি হায়বা খন্দনা উমং ৱামংদা লৈবা শা ঙাগুম্না ত্তমথিনা লাক্লহুনা থম্বী-রম্বসি উবদা মহাক্কী থমোয়দা থৱায় শোক্লা মুঙাইতবগী অকনবা ঈপোম অমনা কম্না য়ৈশিলক্লবোই "নেটাল ভারতীয় কংগ্রেস" হায়না অপূনবা শক্তি অমা শেমগৎলগা অঙৌবশিংগী মথক্তা অহিংসাগী অন্দোলন চংবা হৌগ্রে।

বৱোর অমসুং জুলুশিংগী লালহৌদা "ইণ্ডিয়ান এম্বুলেন্স কোব" লিংখৎতুনা য়েক্লবা ওঁইৱবা অঙৌবশিংমকপু অশোক অপন্দা সেবা তৌবীরম্মী। করিস্সু নাচুংদনা মীওইববু শা ঙাগুম্না লাক্লবা ঙম্বা, মুংদগী হেন্না কল্লবা মখোয়গী থমোইহু অহিংসাতনা

পেংখোকহন্নবা হোংনবদা মতম কুইনা চংলকয়ু মাই পাকপদি ঙমখি। মতুমক্তনা শোক ১৮৯৪ দগী ১৯১৪ ফাউবা হোংনমগা খা আফ্রিকাগী প্রধান মন্ত্রি জেনরেল সমটস ( Smuts ) কা সন্ধি তৌনদুনা ভারতমচাশিংবু শাগী থাক্তগী কল্লম্মী।

মতাং অসিদা শেংলবা থম্মোইনা লৈজেংলবা মহাত্মাগী মপুক্সিং অতু অচুম্বা অমসুং অহিংসাতনা সংসারসি জয় তৌথুনা অমসুং ওইবা সমাজগী থাক্তা পৃথিবী পুম্নমকপু পুনশিন্নবা হোংমরম্নবা ভগবান গৌতম ঋষিবু নিংশিংবা হৌরকুবদা মরৈবাক্তা থুনা ইল্লক্কুনা সর্ব্বমতি ভুরেলগী মপান্দা আশ্রম অমা শেম্নগা মীওইবগী অমসুং মরৈবাকী সেবা অহিংসাতনা পাম্বৈ ওইনা তৌবা হৌখি। ভারতা লৈরিবা কংগ্রেস, সোশ্যেলিষ্ট, কম্যু-নিষ্টনচিংবা রাজনিতি দল পুম্নমক শক্তি অমত্তা ওইনা পুন্সিল্লগা সত্যাগ্রহ অন্দোলন হৌথুনা ভারতপু পূর্ণ স্বাধিনতা ফংনবা হোংমরম্মী। মসিগী ৱাফম ঙাংনবা বিলাটতা গোল্ড টেবল বৈঠক (রাউণ্ড টেবল কনফরেন্স) ফম্বা চংলুই; মাতুদা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী নিংথৌরেল মঙাগুবা জর্জ্জমকনসু মহাত্মাগী মফমদা মঙক নোঞ্জখি। জেলদা কয়া চংথুনা অৱাবা কয়া তাথুনা হিংসা য়াওদনা মতম কুইনা হোংনরক্লবা তুংদা ইংশোর্ক ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৫ দগী ভারত স্বাধীন ফংলে।

সংসারদা লৈরিবা জীব পুম্নমকপু মেহাক্কী মফমদা খেন্নবা লৈতনা চপ মান্ননা উরবা ৱাপুক্তিনা পৃথিবীদা মীখা পোন্দুনা লৈরবা লৈবাক পুম্নমক অসি মনিং ক্তম্বগা লোইননা হিন্দু,

মুসলমান খৃষ্টান, বৌদ্ধ, জৈন, শিখ, পার্সী অসিনচিংবা ধর্ম্মগী কাংলুপশিংসে য়েংথিনবা লৈত্তনা চাম্ন চিম্ননা লৈমিন্নবসি খাইদগী পামনা হোৎনরম্মী ; মসিদসু নত্তনা হিন্দু সমাজগী মন্নুংদা বর্ণ খায়দুনা ধর্ম্ম অমৎত্তগী কাংলুপ ওইরবা ফাওবদা মী অমনা অমগী মথুংত্তগী ঈশিং থক্কবতা নত্তনা মনি ফাওবদা নেৎপদা মাংই হায়না খননা চৎপা শাক্তং অসি উবদা বাপুজিনা মথৱাই শোক্না মশিদা কোক্লবা হায়দুনা মপুন্সিচুপ্পা হোৎনখি ।

হিন্দুশিংনা থাইনদগী হৌনা প্রজাপতিগী ( ঈশ্বর ) মুখদগী ( চিন ) ব্রাহ্মন, পাম্বোমদগী ক্ষেত্রি, ফৈগ-দগী বৈশ্য অমসুং খোংদগী শূদ্রশিংসি চোংথোক্লকপনি হায়না থাজনৈ ; অদুনা মতম কুইরবদগী হৌনা বৈশ্য শূদ্রগী কাংলুপশিং অসিবু য়াম্না থিনা ওৎ নৈবিরকই ; অদুগা হিন্দু ধর্ম্ম অসিদা অতোপ্পা ধর্ম্মগী কাংলুপ ওনশিনবসু কয়া য়ারমদে ।

পৃথিবীদা সমাজগী অনোৎপা অমদি জগৎকী ওইবা অকায়বা ওইরগদবশিং অসে ধর্ম্মগী চংনবীদগা কোৎথোকত্তুনা লংথোকখিবদা কোহ্লিং কারবা থাংনা ফেদোক্লগা লংখৎ-লকপগুম ধর্ম্মদু মাংগদবা নত্তে । ধর্ম্মদুগী ফজবা গুন অদুতা হেনগৎলক্কদবনী হায়না মহাত্মানা তত্তনা লাউবিখি ।

য়াইথিবী ( হরিজন ) অমসুং অতোপ্পা মীওইবগী কাংলুপ-শিংনা হিন্দু ধর্ম্মবু থাজনা চৎচরবদি হিন্দুগী সমাজদা ব্রাহ্মণ অমদি ক্ষেত্রিশিংনা ফংলিবা অথোয়বা অধিকারদু মথোয়বসু হিন্দুশিংনা ফংহনবীয়ু মসি পাংথোকপা থোকলবদি হৌজিক

ওইরিবসিদগী মতিক মগুণ হেনগংলকপদা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা ধর্ম্ম, অমা ওইরগদবনি ; অদুনা লৈথা তারকনি হায়দুনা থায়দোক্কনা থম্বীরবশিংসিবু সমাজনা চিংশিনবীবু হায়না বাপূজীনা হন্না হন্না হায়জরম্মী।

হৌজিক্কি মহাত্মা মুংশি হৈত্রবা মীগী নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা পুন্সি ভমখৈ য়ৌদ্রিদৈদা ইংশোক ১৯৪৮ গী জানুয়ারী তাং ৩০ দা নোঙ্গাগ্রে। হিন্দুস্থানগী প্রজাশিংনা বাপূজীনা নিংজরম্লিবসি পাংথোকপীনবা খোংকাপ লাউনা কানশিদুনা মহাত্মাবু মুংশিবীরবদি হোৎনবিবা মতম ওইরে।

---

## উইলিয়ম সেক্সপিয়ার

মুনিংনা ভাল্লিবা মফম পুম্নমক্কা বিজ্ঞানী অমসুং কবিগীদি য়েক্নবা লৈতে। চহি ৫০০ তৌখ্রবসু মী ওইবগী থমোইবু মুংভাইবা অমসুং অপেনবা পীরিবা কবি অদুদি হৌজিক্কা শাৎপা লৈরাংগুম ইতেক তেক্কনা লৈ। ধর্ম্ম তোঙাল্লবা লোল তোঙাল্লবা অমসুং লৈবাক কাওবা তোঙানখ্রবসু অতোপ্পা মীশক্কি হায়না কনানসু থনবা লৈতে।

থাম্লবা উত্তরমেরুগী মনাক্তা আটলান্টিক মহাসাগরগী ইথং অমদা ফম্লগা ইংলবা বিনাগী মুরনা কবিগী খোম্থাং য়ৈরকপদা

মালেম থুংনা কোইহনা মীওইবগী থমোই খুদিং অইংবা থোন-জেলগী ইপোমদা থেংহল্লিবা বিলাটকী উইলম সেক্সপিয়ার ইংলণ্ড লৈবাক্কী ৱাউইকসিয়ার জেলাগী এভোন বৌবী খোংগী মপান্দা সট্রেটফোর্ড খুঙ্গংদা ইং-শোক ১৫৬৪ গী এপ্রিলগী তাং ২৬ (২৩ নিস্থ হায়নবা য়াউই) তা ফোংখি। মপা ইবুঙো জোন সেক্সপিয়ার অসি প্রোট্রেষ্টান্ট ওইরবস্থ মমা ইবেম্ম মেরি আর্দেলদি কেথোলিকনী। মখোইনা মচা নিপান পোকপগী মনুংদা উইলস অহুমশুবা মচানি। কবিনা অঙাং ওইরিঙৈদা খুলগী গ্রাম্মার স্কুল অমদা মহৈ তম্লম্মী। মশাগী চহি ১৩ শুবকপা মতমদা মপাগী শেলথুমগী ফিভম য়াম্না ফলকত্রহনা লৌ হিঙ্গোল বক্ষোপ চংখরবদা লাইরিক লাইশু তমথরা ঙম-দ্রহনা ইমুং মনুংগী হিংনবগীদমক্তা শেল তানবা য়াওখরে। অস্থুম্না ইমুং মনুংগী ফিভম ফত্তনা য়াম্না ৱানা অঙাং ওইরি-ছৈদগী মতম হৌরক্লবদা অহল লমলনা য়াদ্রবশু এনে হথাৱে বৌবী মাঙোন্দগী চহি ৮ লোম হনবী নুপী অমা শোক ১৫৮২ গী নবেম্বর তাং ২৮ দা লুহোংহনা ময়ূম মকৈ পানবা হৌরম্মী। ওল্লকপা কুমদা মচা অমা অতুগা চহি অনি লৈবগা হেমলেট অমস্থং যুদিঠ কাইবোক ওইনা মখোইগী মচা পোকখি। অস্থুম্না সংসাব অসিদা পোলেপকম খংদনা মতমগী খোচংসি লান-শিললিঙৈ উইলমগী মমা মপা অনিমক অহল মতম ওইরকপদা নিংবা কাইবগা লোইননা মীগী মৱল মথুম ফাউবা শিবা লোইয়মদনা ভাইবংপানবদগী লাম্থোকপ্রে।

সেক্সপিয়ারদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ড্রামা য়াউবা য়াম্না পামলম্মী, অহুনা খুদোংচাবা ফংবদা ড্রামাগী এক্টরগী মতৌ তম্নহুনা লৈ অমসুং এসট্রেটফোর্ডকী নিংথিজরবা প্রকৃতিগী দৃশ্যশিং অদুনা মতম পুম্নমক্কা মোমোন নোক্তুনা লৈবনা মাগী থমোইদু ইনৌতা নৌদুনতা লৈরম্মী। অদুবু উইলিয়মগী থোগ্গা ফমজিন্দুনা লৈরিবা থোইদোক হেন্দোকলবা কবিগী গুণ অদু শিজিন্নবা খুদোংথিবা নত্রগা খুদোংচাবা থৌদোক থোক্তুনা মাগী পুন্সিগী থোংচং অদু অহুনবা ইবে লৈত্রি।

অহুম্না লৈরিবৈদা লাইগী নোংলমদগী মখোয়গী খুলগী ইনাকখুনবা মচিনাতোংবা সার্ থোমাস লুসিগা কুঞাইনদবদগী মপুন্সি অহু খুদোংথিবা তারক্তুনা মথাই হিংননবগী মথুন থাদোক-তুনা বিলাট সহরদা চেন্নরুগা। নোংমগী মচিঞাক তানবা ওইনা ড্রামা য়াওবা চঙকপাদা অহানবা মতমদদি ড্রামা য়েংবা লাকপা মীশিংগী শগোল পাম্নরম্মী। অদুদগী এক্টর (লাই শাবা) ফঙকলবদা ইং শোক ১৫৯২ অসিদগী মশামক্কা ইবা ড্রামা শান্নবা হৌথি।

অদুবু ইকুই কুইদনা বিলাট প্লেগনা অনাবা অচৌবা ওইন্নরুদুনা অকিবা ফংনা মী শিনরক্লবদা হরাউ কুম্মনচিংবা চহি অনি পুংলেপ লেপ্তুনা সহর অসি উন রাইমুক চিকনা লৈথিরম্মী।

থোদোক অসিমা ড্রামা লেংবগী খুদোংচাবা ফংদরিঙৈগী মতুংসিদা মতম কুইনদগী ফোংদোকযন্ত্র থঙদনা লৈরম্নবা মহৌশা-

কৌবী লাইরেংশীগী থৌজাল অদু কবিগী কলমদগী শিষ্ণরকতুনা ভেনস অমস্তুং এদোনাসি অদুগা লুক্রেসি অসিনচিংবা মীওইবগী থমোয়গী পোৎথাফম ওইরবা নিংথিজরবা কবিতা কয়া ইহুনা ফোংলম্মী।

মসিদগী লৈবাক্তা অনায়েক্তগী ইংথরক্লবা হরাও কুমৈনচিংবা অমুক নৌনা তৌরকলবা মতাংদগীদি উইলিয়মনা চহি অমা ড্রামা অনি অনি ইহুনা শেল থুম অমস্তুং মিংচৎ তানশিল্লম্মী। থৌ:দোক অসিনা ফিরাল মমাই চুমথংলকপা শেল নিংথিনা ফংদুনা ড্রামা কোম্পানিদস্তু শেয়ার হোল্ডার ওইরে অদুগা কবিগী পোক্লফম শুঙ্গংদা ফজরবা যুম অমা লৈহুনা মুপী অমস্তুং মচাশিং থমলম্মী।

অস্তুমা থোই:দাক হেন্দোক্লা মুডাই য়াইফবা কবি অমা ওইবতা নত্তনা বৃটিশ সাম্রাজ্য অমদি ইউরোপ মহাদেশ শিনবা থুংনা ফাউরবা মহাকবি অমা ওইখি।

এভোন কোকিল অসিগী কলমদগী শিষ্ণরকলবা অমকপা লৈত্রবা মীওইবগী থমোইবু পেন্নহলবা ড্রামাগী লাইরিক নিফু অদুগী মমুংদা শিংথাবা য়াবা নাটক হেমলেট, মার্চেন্ট ওফ ভেনিস, ওথেল্লো, মেকবেথ; কিংলিয়ার, যুলিয়স সীজর, রোমিও যুলিয়েট অমস্তু টেম্পেষ্ট অসিনচিংবা কযামরুম লৈরি; অসিদা নত্তনা কবিত্তা ৫০০ য়োম অমস্তু লৈরম্মী।

মহাকবি উইলম সেক্সপিয়ারনা ইরমলিবা পুন্নমক অসে বিলাটকী প্রজাশিংদা মতম পুন্নমক্তা ইচুদ চুশিন্দুনা লৈ অদুগা পৃথিবীগী ওইনস্তু ইনৌদ নৌবুনতা লৈ।

অসুম্না পৃথিবীগী কাচিন থুংনা ফাওরবা কবি উইলমন শোক ১৬১০ ফাউবা বিলাট সহরদা লৈরম্লগা মাগী খুলদা হলক্লুনা লৈখি। অসিদগী চহি ৬ ফাউ চংনা থোক্লা লৈরমলগা শোক ১৬১৬ কী এপ্রিল তাং ২৩ দা কবিগী পোক্লফম খুঙ্গংদা তাইবংপান্দগী নোঙ্গাখি।

---

## শ্রীমদ্ জগদ্‌গুরু আদ্য শঙ্করাচার্য্য

মঙালগা লোইনরবা নিংথিজরবা সুর্য্যাবু রাহুনা লাকথিবগুম হিন্দু ধর্ম্ম অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মনা থুম্লাংখিত্রুনা সংসার অসিদগী পুংমাং মাখিবা তাবগী খোংফম চৎপিল্লকলবদা ঈশ্বরগী থৌজাল অমা ফাউরক্লুনা দক্ষিণ ভারতকী কেরল দেশকী ময়ায়দা চেল্লীখি পুকচেল তপ্লবী আলোয়াই গঙ্গাগী অৱাং থংবা তোর্ব্বান্দা তাবা "কালাড়ি" খুঙ্গংদা ধর্ম্ম লৈরবী বিশিষ্টা দেবীগী গর্ভদগী ব্রহ্মঋষি শিবগুরুগী মচা ইবুঙো ওইনা নম্বুরী ব্রাহ্মণ কুলদা ভগবান শ্রীমদ ভগদ গুরু আদ্য শঙ্করাচার্য্য শকাব্দ ৬০৮ ( খৃঃ ৬৮৬ ) গী বৈশাখ শুক্লা তৃতীয়াগী নুমিৎমুংবা মতমদা তাইবং মীরমলেন্দ পোকপিখি।

পোকলকপদগী সংসারগী মঙ্গলগীদমক্তা থলকলবা শঙ্করনা চহি ৫ গুরকপদা লাইমিং লৌবা (নোগুণ থাংবা) লোইরগা গুরুগী য়ূমদা লৈতুনা ব্রহ্ম বিদ্যা তমলমই ; মমুং অসিদা মপা ইবুঙো শিবগুরু তাইবংপান্দগী মিৎ উইশিনখ্রে। অসিদগী চহি অনিগী তুংদা শঙ্করাচার্য্যনা ময়ূমদা হল্লকলগা অহল ওইরবী মমাগী সেবা তৌরবা মতমদা "তাইবংপানবগী অকে অমৌগী মুঙাইবনা মীওইনা পোকপগী মমল য়াম্লবা পুন্সি অসি অরেম্বদা লেম্থোকপা পামলমদে ; ব্রহ্মামক্তা পোকপা ঙমদে হায়না থল্লিবা মীওইবগী তাংলবা মপোকসি ইচম চম্বা য়ুম্বানবগী অৱা মুঙাইবা শরুক অসিনা পুন্সিন্দুনা হৱাও তয়াম্বদা পুক্নিং মুপশিন্দুনা তাইবংপান্দা পোকলম্মী হায়বগী সংসারগী কাম্লনবা তৌরমদনা লেনগ্রবদি উচেক-ৱায়াগা মীওইবগা করিস্থু থেম্নদে অতুনা মতম লৈরিঙৈ জগৎকী য়াইফনবা তৌরমগে।". অস্থুম্না থলকলম্মী। অতুনা সংসার অসিদা সন্ন্যাস ধৰ্ম্ম লৌরগা মীওইবগী মঙ্গলগীদমক হোৎনরমগে নিংলতুনা মমাইবেম্মা বিশিষ্টাদগী য়াথং লৌবদা মপুৱোইবা কাইনবগী মৈচাক ফংলবী মমানা অমত্তা পোকচরবা মচাতুবু থাদোক্লিংদ্রে। তৌইগুম্বস্থুং নোংমা মমা মচা আলোয়াই গঙ্গাদা ঈরুজরিঙৈদা কুম্ভীর অমনা শঙ্করবু উমতুনা চিংথরকলবদা "ঐনা পামজবা সন্ন্যাস ধৰ্ম্ম অসি থৱাই থারমদাই অসিদা ফংজ-রগে ইমাগী য়াথং পিনবিরো।" অস্থুম্না হায়জরকলবদা পাঙ্গল শোল্লবী ওইদূনা মচাবু কনবা ঙমকত্রবনা মচাগী নিংবা থুংজরো হায়দোকখিরম্মী। তালক অসিদা খুলগী মীয়াম হোৎচিল্লক্তুনা

শঙ্করগী মথৱাইদি কলহৌরে।

জগৎকী মঙ্গলগীদমক পোকলবা শঙ্করাচার্য্য মমাগী য়াথং ফংলদুনা নুমিৎ অদুদগী হৌনা কালাড়ি খুঙ্গং থাদোক্তুনা অৱাং পাংনা তীর্থ যাত্রা চৎলকলম্মী।

ভগবাননা ধর্ম্মগী অথোইবা থুংলু থুংলুবা মফমশিংদুদা হিন্দু ধর্ম্ম অসি তারমদাই নুমিৎকী শিথরক্লবা মঙাল অদুদসু লৈচিন্না খুমজিন্দুনা অমুকহেন্না মকশিনবগুম বৌদ্ব ধর্ম্মগী মঙালনা কুপ-শিন্দুনা লৈবা থেংনখি।

হিন্দু ধর্ম্মসি মাংখিবা য়াবগী ফিভমদা লৈরম্বসি উবদা ব্রহ্মঋষিগী থম্মোয়দা য়াম্না অৱাবা মুঙাইতবা পোক্লক্তুনা ধর্ম্মসি কন্নবা হোৎনবগীদমক অথোইবা শিদ্ব পূরুষ ওইবা গুরু থিরক্লে; থোইদোক হেন্দোক্লবা গুণনা লৈতেংলবা শঙ্করনা নর্ম্মদা নদীগী মপান য়ৌরকপদা হঙোই অমবু খারো অমনা মথক্তা খান্দুনা লৈরম্বা উবদা মফম অসি সর্ব্বজ্ঞনি ওইবা শিদ্বপূরুষ শোয়দনা লৈরমগনি খন্দুনা থিরকপবু মহর্ষি গোবীন্দাপদ থেংনদুনা ভগবানগী ধর্ম্মগী শিক্ষা গুরু ওইখি। শঙ্করগী অহল লমলশিংনা শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌরকই; অদুবু গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না মহাদেব অসি শঙ্করাচার্য্যগী অথোইবা ঈশ্বর ওইরম্মী। গুরুগী মনাক্তা লৈদুনা চহি অহুম চুপ্পা ধ্যান তৌদুনা সিদ্ব ওইখি। অদুগী তুংদগী ভগবাননা ভারতকী মফম পুম্নমক্তা কোইনা চৎতুনা হিন্দু ধর্ম্মবু অমুক হিঙ্গৎনবা হোৎনরম্মী। চৎলু চৎলুবা মায়কৈদা জয় ওই-রক্তুনা প্রজাশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম থাদোক্তুনা অমুক নৌনা হিন্দু

ধর্ম্মদা ওনশিনবা হৌখি। অসুম তৌনা থাওইবীরমত্রবা হিন্দুগী মন্দিরশিংদা ভারত থুংনা ঈশ্বরগী পুজানা পুমনিল নীলরা হৌৱে।

টিরুপতিগী ভেকটেশ্বর, কাশীগী বিশ্বনাথ, বদরিকাশ্রমগী নারায়ণ, জগৎনা ইকাই খুম্নবা হৌরকলে; শঙ্করনা পুরীদা লেংশিন্দুনা ঈশিংদা লোৎতুনা থনমলবা জগনাথবু অমুক হন্না মন্দিরদা লাৎতুনা হিন্দুশিংগী চংজফম থম্বিরম্মী। মতৌ অসুম্না নোংপোক্তা প্রাগজ্যোতিষপুরগী কামাখ্যা দেবীগী ফাও; অৱাংদা হৃষীকেশ, বদরিকাশ্রম অমসুং কেদারনাথ লাম্লোক্তুনা কাশ্মীরগী কৈলাশ ফাও অদুগা নোংচুপ্তা উজ্জয়িনী, সৌরাষ্ট্রগী দ্বারকা অমসুং সোমনাথ য়ৌনা খাদা রামেশ্বর ফাওবা কোইনা লেংদূনা শঙ্করনা হিন্দু ধর্ম্মবু শন্দোকখি।

কামরূপকী কামাখ্যা দেবী খুরুমলিঙৈদা অভিসগুপ্ত কৌবা তান্ত্রিক অমনা কলকপগা লোয়ননা ভগন্দর রোগ ( নুংশিং ) থাজিল্লক্তুনা ভগবান য়াম্না খুদোংথিবা ফংখি।

অসিদগী শঙ্করাচার্য্য মশামক্না মপুন্সি য়াম্না তেল্লি চহি ১৬তা ওইগদববু নারায়নগী শক্তি ওইরবা দ্বাপুর যুগকী বিশ্বগুরুবাসি দেবনা কাশীধামদা দর্শন পিদুনা চহি তস্থায় অমা অমুক হাপিরম্নবনি হায়খি। অদুনা ভগবাম্না পলমদনা উত্তর খণ্ডরোমদা লেঙক্তুনা অমুক হন্না শিষ্যশিংগা লোয়ননা বদরি নারায়ণ খুরুম্নগা কেদারনাথ মহাদেবগী আশ্রমদা পোথরম্মী।

অসিগী তুংদগী ভগবানগী তুংগী থৌৱাং শেমদুনা নোংচুপকী দ্বারকাদা ভক্ত বিশ্বরূপ সুরেশ্বরবু, নোংপোক্কী পূরিধামদা ঋষি

পদ্মপাদবু; জ্যোতির্ধামদা অথোয়ৰা শিষ্য তৌটকপূ অমসুং খা থংবগী শৃগেরী আশ্রমদা পৃথ্বীধর (হস্তামলক) বু ভারত্তা হিন্দু ধর্ম্ম ল্লিংখিনা শন্দোক্তুনা মরা চেংহল্লবা হোৎনবগী থৌদাং লৌহনলল্লগা সংসারদা ভৌগদবা পুন্নমক পাংথোকপা লোইবীরহুনা মশাগী চহিনা ৩২ (৩৪ নিসু হায়নৈ) শুবদা শ্রীমদ্ জগদগুরু আদ্য শঙ্করাচার্য্য কেদার আশ্রমদা নোঙ্গাখি।

(খা ভারতকী শৃঙ্গেরী আশ্রমদা শারদা দেবীগী মমাংদা দেহ ত্যাগ তৌখি হায়না মত পীবা কাংলুপসু লৈ।)



## গুরু নানক

খৃষ্টগী শতাব্দী ১৫ শুবা মনুংদা নোংচুপ ভারতকী শরুকশিং দিল্লিগী মুসলমান নিংথৌশিংগী মখা পোনবা মরম্না হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং ইসলাম ধর্ম্মগী কাংলুপ অনিসি য়াম্না কন্না য়েংথিনবগা লোইননা য়েংশিন্নরম্মী। হিন্দু ধর্ম্মগী মপাঙ্গল অসুম অসুম হুন্থরক্লে অমসুং কাং থোং চাইরে। মুসলমানশিংগী মপাঙ্গল নোংমা-নোংমগী কনবা হেনগৎখি। অদুবু হিন্দু ব্রাহ্মণশিংনা মথোয়গী বর্ণ খায়বগী শাক্তং অদু য়াম্না কন্না ঙাকলম্মী। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ, সুদ্র হায়না অমগা অমগা মোত তিন্নাদবদগী বর্ণ খায়বগী শাক্তং থাদোক্তুনা

মখোয় মশেন পুনশিন্নহনা হিন্দু অমসুং হিন্দু ধর্ম্মবু মপাঙ্গল কনখৎ-হন্নবা মখোয়না হোৎনরমদে। ব্রাহ্মণশিংবু বর্ণগী শন্দুল মন্নুংদা মখোয়দংদি শোক্তনবা হায়হনা খাংলম্মী। অতুগা ইসলাম ধর্ম্মদদি নিংথৌগ। মীনাইগা মীৎয়েং চপ মান্নবা য়েংবগী হক লৈ ; অসিনা মরম ওইদুনা ব্রাহ্মণশিংনা নৈহৎপিরবা শাগৈ-জাৎ থাইবগী চৎনবীদুনা খুদোংথিবা তাদুনা লৈরবা হিন্দুশিংনা মশিং থিঙমদনা নোংচুপ ভারতকী শরুক অয়াম্বদা ইসলাম ধর্ম্ম লৌনরম্মী।

অসুম্না ইসলাম অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম অনিসি কন্না য়েংশিন্নবা মতাং অমা ওইরিঙৈ মন্নুং অদূদা পঞ্জাবকী তাল্বন্দী রাই ভোইদা খৃঃ ১৪৬৯ (সমক ১৫১৬) কী বৈশাখ পুনিম্মা অহিংগী নোংঙাল্লমদাই শজিক্না তরু তরু থোরক্লবা মতমদা গুরু নানক পোক্লম্মী। মপাগী মমিংনা কল্যান দাস বেদী কৌই ; কৈরোই লৈকায়নাদি "কালু" হায়নসু কৌরম্মী।

মমাইবেম্মাগী মিংনা ত্রিপ্তা দেবী কৌই। মমা মপানা মচিন মৌপুবা পোকপনি। মচেমগী মমিংনা নানকী কৌই। মখোয় ক্ষেত্রীনি। মপাইবুংঙো কালূ খুলগী পাটৱারী (থাজনা খোম্বা) ওই অদুগ্না ললোন-ইতিক্কী থবক্সু তৌরম্মী।

নানক্না মশাগী চহি ৭ শুবদা গোপাল পণ্ডিতকী মফমদা হিন্দি নিংথিনা তমখি অতুগা চহি ৯ শুরকপদা সংস্কৃত নিংথিনা হৈরম্মী। অতুগী মতুংদা মহাক্না মখোয়গী লৈকায়গা নক্কনা লৈবা মহম্মদ হসন মুল্লাদা মতমদুগী মুসলিমশিংনা ঙাংনবা পার্সী লোন্দা ইসলাম ধর্ম্মগী মরম খংনবা তমখি। মরম অসিনা নানক্না য়াম্না

অঙাং ওইনা হিন্দু অমসুং ইসলাম ধর্ম্মগী মরমদা য়াম্না মমুৎ তানা খংলম্মী ।

নানক অঙাং ওইরিঙৈদগী ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবা অমসুং মীয়ুংশি চাওবা অমা ওইনা হৌরকলমই । মপানা মাগী মপুক-চেল হোংনবা ললোল ইতিক তৌনবা শেল পীরবসু লম্বোইবা অমদি মুসলমাল ফকিরশিংদা পিথোকখি । নোংমসু মপানা থুম লৈনবা শেল পীথিবসু লম্বেলদা চারা হেল্লবা ফকির খরা থেংনবদগী শেল অতুনা ফকিরশিংদুবু পেন্নবা পীজথোক-লম্লগা হলকই । মসিনা মপানা মাবু অয়াম্বদা শাউরম্মী ।

মহাক্কী মতৌ অতুদা মমা মপানা চিংনতুনা নানক্কী চহি ১৬ শুবদা বাটালা থুন্দা লৈবা মুলচান্দ চোনাগী মচাইবেম্মা পুকচেল তপলবী সুলক্ষনীগা লুহোংবীরম্মী । অসুম্না য়ুম পাল্লাবা মতমদা শ্রীচান্দ অমসুং লক্ষ্মী দাস কৌবা মচা নুপা অনি পোকখি । মচেম ইবেম্মা নানক্কীনা মপুরোইবা জয়রামদা হায়-জতুনা মৌপাবু থবক তৌহন্নবা শিনবদগী সুলতানপুরদা নাবাব দৌলোটখান নোথিগী পোৎ চৈ পান্নবা অমশুং শেল থুম পাশিনবগা থবক তৌহল্লম্মী । মফমসিদা নানক্না মীয়াম তিন্নবগী চৎনা লোনচৎ অমশুং ৱাঙাং শাঙাং ফজবা পুম্নমক তমখি ।

মসিদগী মশাগী চহি ২৭ শুরকপদা নানক্না তাইবংপানগী লাইনিং লিচৎকী মরমদা নিংথিনা থিবা পান্দুদগী ময়ুম-মকৈ থাদোক্তুনা ধর্ম্মগী লাইফমশিংদা কোইনা চৎপা হৌগ্রে । মহাক্না মুসলমানশিংগী লাইফম "মাক্কা" কাওবা চৎখি । মফমসি

য়ৌরকপদা মক্কাগী লাইশংগা মথোং ওনশিন্দুনা তুম্মুবদগী মৌলবীনা শাউতুনা চৈরম্মী। মতুদা মহাক্না খুমখি ” ঈশ্বর লৈতবা মায়কৈ কদায়নো ? ঐগী খোংসি তিংথোকচগে নত্রগা ঈশ্বর লৈতবা মায়কৈদা ঐগী খোংসি লৈথোকপীয়ু ?” পাউখুম অতুদা মৌলবীতু মশাগী মরালতু থংখি। নোংমা হিন্দুগী তীর্থ হরিদ্বারদা সাধুশিং অনদি মীয়াম্না গঙ্গাদা কুম্লগা নোংপোক ওল্লগা নুমীত্তা ঈশিং খুজোকশিং শোক্তুনা কৎলি ; নানকস্তু গঙ্গাদা কুমলগা নোংচুপ ওন্দুনা ঈশিংতু কাদনবা চাইখৎলম্মী। ওৎনা-তৈনবতুদা মীয়াম্না করিগীনো হংনবদা নখোইগী নোংপোক্তা ঈশিং চাইরিবতুদি কদায়দনো ? মহাক্না অমুক হংখি। “নুমিত্তা কৎলিবনি” হায়না ময়াম্না খুমলমই। “ঐস্তু ঐগী লৈফম করতা-পূরদা লৌফম মচা অমা লৈ মতুদা ঈশিং চাইরিবনি ” খুম্লক্লে। “অতুক থাপ্পা মফমদা লৈবা লৌফমদা ঈশিং চাইবদু য়ৌগত্রা ? হায়না ময়াম্না অমুক হংনবদা “ নখোয়না কোস কোটি ৪৯দগী হেল্লা থাপ্লাবা নুমিত্তা চায়বতু য়ৌরবদি ঐগীস্তু য়ৌফম থোকই।” খুমখি।

“তাইবংপান মপুদি অমত্তনি, লাইনিং লিচৎস্তু অমৎতনি। অফবা অথংবা গুরুদা চংজগদবনি অমস্তুং গুরুনা তাকপা লম্বী অদূদা চৎকদবনি ” হায়না গুরু নানক্না ধর্ম্ম শন্দোকলমই। হিন্দু অমস্তুং মুসলমাল অনিমক্কী মীওইশিংনা মাগী শিষ্য ওই-রমই। মাগী শিষ্যশিংবু “শিখ” হায়না থংনখি। শিখশিংগী ধর্ম্মুগী লাইরিকপূ “ গৃন্থসাহেব ” হায়না কৌই। মখোয়গী

অনিশুবা গুরু "অঙ্গ"না "গুরুমুখী" হায়না খংনরিবা লাইরিক ময়েকসি পুথোকতুনা চৎনবা হৌখি। গুরু নানককী মচা অহল শ্রীচান্দ ময়ুম পানখিদে মহাক্না শিখশিংগী মনুংদা "উদাসী" হায়বা লম্বোইবা কাংলুপকী চৎনবী পুথোকখি। গুরু নানক মশাগী চহি ৭০ শুবদা খৃঃ ১৫৩৯ গী নবেম্বর তাং ২২ দা কারতার-পুরদা নোঙ্গাখি।

---

## শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ বিশ্বম্ভর

ধর্ম্মবু থঙহৈবিরকত্রহনা ঈশ্বরবু থাজররকত্রবা অমগুং ভারতকী ফিভমস্তু খন্নথেংনা ৱাবা মতাংদা হিন্দু ধর্ম্মবু শন্দোকতুনা কোইনা হরিনাম ময়েলমলবা যুগ অবতার ওইরবা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ঢাকা দক্ষিণদগী হোংঙকপা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী অনিশুবা মচা ইবুংঙো ওইনা ভগবতী শচী ঠাকুরাণীগী গর্ভদগী শকাব্দ ১৪০৭ (খৃঃ ১৪৮৫) গী উত্তর ফালগুনী নক্ষত্রনা পানবা ফালগুনী দোল যাত্রা পুর্নিমা নুমিত্তা চন্দ্রগ্রহন তৌরিঙৈগী মনুংদা শ্রীধাম নবদ্বীপতা অবতার তৌবিখি। সংসারগী মঙ্গলগীদমক্তা পোকপিরকলবা শ্রীগৌরচন্দ্র ভরদ্বাজ গোত্রগী বৈদিক শ্রেনী ব্রাহ্মণনি। পোক-মিন্নবা বিশ্বরূপ কৌবা ময়াম্বুঙসি চহি ১৫ শুরকপদা সন্ন্যাস

ধর্ম্ম লৌখিহ্নুনা কোইনা চৎখি অমস্তুং চহি ১৮ গী বয়সতা খা ভারতকী পুণা সহরদা থুপ্নখি। প্রভুগী মিংসি নিমায় নত্রগা বিশম্ভর হায়নস্থ কৌনৈ। অদাং ওইবিদুঙৈ চহি ৯ চঙকপদা নোগুন থাংহ্নুনা হৌনবী মতুং ইয়া লাইমিং লৌবীরম্মী। 'অস্থুম' লেম্বকপনা নিমায়গী চহি ১০ খরা হেল্লকপদা মপাইবুংঙো তাই-বংপান থাদোকখ্রে। মপুরোইবা কাইনরবী শচীমাতানা মচা ইবুংঙো বিশ্বম্ভরবু পণ্ডিত গঙ্গাদাসকী মফমদা চেংনা শিন্নদুনা ব্রহ্মবিদ্যা তমহনখি। ঈশ্বরগী শক্তিনা লৈতেংহ্নুনা পোকলকলবনি, তারুবা অমস্তুং হায়নবা লৈতে, মশাগী চহি ১৬ শুরকপদা মহা-পণ্ডিত অমা ওইবগী গুণ পুম্নমক্কা লোয়ননা বিদ্যা মপুংফানা হৈরম্মী। মসিগী তুংদগী শ্রীগৌরাঙ্গবল্লভ ঠাকুরগী মচাইবেম্মা লক্ষ্মীপ্রিয়াবু লুহোংহ্নুনা য়ুম্বানবগী সংসারদা লেংশিল্লম্মী। অদুবু চাহ অনি লৈবগা লিয়া চিকতুনা ভগবানগী সহধর্মিনি নোঙ্গা-খরে। অস্থুম লৈরকপনা প্রভুগী চহি ২০ চঙকপদা কুলিয়া গ্রামদা লৈবী সনাতন ঠাকুরনা পোকচবী ভগবতী বিষ্ণুপ্রিয়াবু লুহোংহ্নুনা অমূক হন্না য়ুম পানখি। অসিদগী তীর্থ কোইবা অথোইবা শিষ্য শ্রীমদ্ ঈশ্বরপুরীদগী ধর্ম্মগুরু ওইনা কৃষ্ণমন্ত্র লৌখিরম্মী। মতাং আসদগী হৃরিগী অথোইবা গুণবু শক শোন্দুনা লেনবা হৌখরে। মতম অসিদা শাণ্ডিল্য গোত্রগী বাটী শ্রেণী ব্রাহ্মণ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা হরিনাম শন্দোকপা হোৎনবদা মাই পাকপা ইওম ওমদে, অদুনা মহাক্কী মাইথোং উবদা মী পুম্নমক্কী থমোই ইংনরবা শ্রীগৌরাঙ্গবু ধর্ম্ম শন্দোকপগী থৌদা

কৌহনগে খনদূনা থেংলবা অহিংদা ওঁকার শব্দ লাউহুনা ভগবানবু কৌরকলম্মী। জগাই মাধাইমকপু লানবীগ্রবা অহিংসাগী নিত্তিতনা মহাক্কী লমচংকী লৈতেং ওইরবা শেংলব ধর্ম্ম প্রচারক অতুগী কৌরকপা খোঞ্জেল তাবদা শ্রীগৌরাঙ্গদেব অহিং অদূদা লেংখত্না বিষ্ণুপ্রিয়াবু হন্দোক্লমলগা লেঙকপনা কাঞ্চন নগর যৌরকলবদা নিত্যানন্দনচিংবা কৃষ্ণগী ভক্তশিংগা উন্নথি অমসুং সংসারগী নুংঙাইবা থাদোকতুনা কেশব ভারথী আচার্য্যগী মফমদগী সন্ন্যাসী বেষ মাঘ থাগী সংক্রান্তি নুমিত্তা মশাগী চহিনা ২৫ চঙকপা শকাব্দ ১৪৩১ দা· লৌখি। মসিদগী ভক্তশিংগা হরি সংকীর্ত্তন চংতুনা কোইনা হরিনাম য়েনবা হৌখিরম্মী। অসুম্না কোইনা লেঙবনা শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্র অমসুং রামেশ্বব ফাউবা য়ৌখি অতুগা। শ্রীবৃন্দাবন্দা লেঙকতুনা ভক্তশিংগী তুংনকম ওইবা শ্রীরাধাকুণ্ড অমসুং শ্যামকুণ্ডবু পুথোকপিরম্মী। প্রেম ভক্তিনা অপ্লোইবনি হায়বসি ভগবানগী লেংত্রবা ধর্ম্ম প্রচারগী থৌবমনি। ধর্ম্ম শন্দোকপগী থৌরম লোইরহুনা নবদ্বীপতা লেঙকলবা মতমদা নোংমা গঙ্গা স্নান তৌরিঙৈদা শ্রীমতি রাধিকাগী প্রেম রস অতু নিংশিংলকতুনা স্বাত্বিক বিকারদা রাম্থখিরম্মী অমসুং দেহ অদূ ইন থোনবশিংনা থেংনহুন। কংফাল্ডা পুখংলকলমী। অসিদগী ভক্তশিংগী পূক্লিংগী মতুংইন্না প্রভুনা লেঙকতুনা নীলাচল ক্ষেত্রদা (পুরীদা) শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী শ্রীঅঙ্গদা শকাব্দ ৪৫৫ (শোক ১৫৩৩) গী মাঘ পুর্নিমা নুমিত্ত' তিনখি।

---

# বিশ্বকবি কালিদাস

বসন্তগী অঙনবা অয়ুক্তা শাৎপা থম্বালগী লৈনম্মা মালেম থুংনা য়েল্লকপা মীওইবগী থম্মোয়না তেথৎলকপগুম থেংথরক্লবা অহিংদা থাবলগী ইপোম মরক্তা থোংলকপা তাম্নাগী থোঙ্জেল তাবদা পূক্লিং হুবগুম মীরোল কয়া হৌরবা ইতিহাসকী মমাংদা থোংখিবা কোকিলগী মিরবা থোঙ্খোক্লা পৃথিবীগী কাচিন থুংনা য়েনহুনা মহাক্কী স্নুরবু তারুবা তাইবং মীগী থম্মোইবু পেলহল-লম্লীবা উজ্জয়িণীগী রাজমুকুটকী লংলবা মণিগী মরক্তা থোংখিবা বিশ্বকবি কালিদাস বিন্ধ্য প্রদেশকী আম্রকুট খুঙ্গংদা চাহি ১৫০০ রোমগী মমাংদা পোকখি। শা-শঙ শেন্দুনা ইপং পংবা মীশক ওইনা অঙাং ওইরিঙৈগী মপূন্সিবু লেল্লকলমী; নৌনা অহল লমন কাইনখিহুনা থালা অমনা য়োকলকইস্নু হায়নৈ। য়াম্না চম্লবা পুন্সিদা লেল্লকলবা কালিদাস লাইররবস্নু খুঙ্গংগী নিংথিজরবী মহৌশা কৌশী লাইরেম্বীগী পূক্লিং হুনা ফজবা দৃশ্যশিংহুনা মহাক্কী থমোই অহু হরাওহনদূনতা লৈরমী। প্রকৃতিগী ফজবশিংদুনা ফাজিনগ্রহুনা চাউরকলবা ফাউবদা মীরক-শঙ্গ তিন্দনা বন উপবন মরক্তা কোইচং চংতুনা মপূন্সিহু লেনখি। অসিগুম্বা মহাক্কী সমাজদগী তোঙানবা শাজং অহু উবদা খুলগী মীশিংনা করম্বা মীওংনো হায়বহু খংদদূনা মথোং চাত্রবা মীশক অমা ওইনা উপ্রে।

মতম অসিদা অবন্তীপুরদা পানবা বিক্রমাদিত্যগী মচানুপী প্রিয়ঙ্গুমঞ্জরী অসি ব্রহ্মবিদ্যা নিংথিনা তম্বনা থোইদোক হেন্দোক-লতুনা মথোৎ কারকলবা মতমদা মশাগী বিদ্যাগী গুরু আচার্য্য মররুচিমক্তপু থওইদবা কাইদা উবদা মররুচি পণ্ডিতনা শাউতুনা শা-শল সেন্দুনা লৈবা মহামুর্খ অমা মপুরোইবা ওইহনবগী থিরকলে, মতুদা মপুন্সিদু মথোং মরম থংদনা লেন্দুনা লৈরবা আম্রকুটকী কালিদাসপু থেংনদুনা পুরকলম্মী। অসুম্না খ্বাইদগী হেল্লবা মহপণ্ডিতনী হায়না মীনমতুনা রাজকুমারী প্রিয়ঙ্গুমঞ্জরীগা লুহোংবিখি। কালিদাসকী ধর্ম্মপত্না অসি বারাণসীগী মহারাজ ভীমশুকলগী মচাইবেম্মা বাসন্তীনী হায়নবসু য়াওই।)

মমৈথংদা মহাক্কী সহধর্ম্মিনী প্রিয়ঙ্গুনা খ্বাইদগী পংলবা মীশক অমা ওইরি হায়বা উরতুনা মপুরোইববু ধারনী কালিকা দেবীবু পুজা তৌহন্দুনা মহে মশিং হৈননবা চ্যোকশিন্না তম্মানখি। অসুম্না পণ্ডিত অসিগী পৌরাংদগী কুইনা হোৎনজতুনা জ্ঞানী অমা ওইরকলবদা ঈশ্বরনা পিথোরকলবা বিশ্বকবি অমা ওইবগী গুণশিংতু ফাউরকলম্মী। থোদোক অতুদগী কবিনা মহাক্কী ধর্ম্ম-পত্নীবু মমানি হায়না খন্দুনা তোঙানবা ব্যাবহার তৌখি। শাওদুনা মহাকপু ওক্তবী নুপীগী মরমদা মথৱাই মাংব্বা ওইয়ু হায়না শাপ তৌখিরম্মী।

অসিগী তুংদগী জ্ঞানী অমা ওইরবা কালিদাসনা ভারতবর্ষগী রাজধানী উজ্জয়িনীদা লাক্তুনা সম্রাট অভিনবরাজা চন্দ্রগুপ্ত বিক্রমাদিত্যগী দরবারগী অথোইবা নবরত্ন অমা ওইখ্রে। রাজেশ্বর

বিক্রমাদিত্যগী রাজনীতিগী থৌরমশিংদা য়াম্না হৈ শিংলবা মীশক অমা ওইনা হোৎনরম্মী। নিংথৌরেলনা থাজরবা মীশক ওইবনা বিক্রমাদিত্যনা হেক হেক লেংথোকখিবদা রাজকবি কালিদাসনা ম্নাকোন্নুংগী ৱায়েল থৌদাবগী ভার ফাউবা লৌখি।

মসিদন্তু নত্তনা লুরকলবা মতাংদা রাজহুত ওইহুনা অতোপ্পা নিংথৌগী লৈবাক্তস্তু চৎখি। অস্তুম্না নিংথৌরেলগী য়াইফনবতা হোৎনরকপা অদুদা পেল্লহুনা চক্রবর্ত্তি বিক্রমাদিত্যনা মহাক্কী সম্রাজ্যগী মনুংদগী কাশ্মীর দেশ অসি কবিন্দ্র কালিদাসকী মখুবাক্তা শাসন তৌনবগীদমক শিন্নথোকখিরম্মী। কাশ্মীরগী মপু ওইবগী মতাং অসিদা বিশ্বকবি কালিদাসপু মাতৃগুপ্ত হায়না খংনৈ। রাজ নীতি ক্ষেত্রদা ভারতকী সম্রাতপু মপুক্লিং পেলহনবা ঙমলবা কালিদাসনা মীওইবগী থম্মোইবু পেলহন্নবগীদমক কবিগী কলমদগী শিন্থরকপা নিংথিরবা ৱাহৈনা লৈতেংলবা নাটকশিং কাব্য কয়া জগত্তা মথং মথং লাম্থোরকখি। মহাক্কী অথোইবা কাব্য রঘুবংশ, কুমার সম্ভব অমস্তুং থাওকাব্যগী লৈতেং ওইরবা মেঘদূত, পৃথিবীগী সাহিত্য জগত্ত ম্নাগী থম্বাল ওইরিবী নাটক অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ অমস্তুং শরৎ লৈরাং বিক্রমোর্বশী, মালবিকাগ্নিমিত্র; ঋতুসংহার অমস্তুং শৃঙ্গারতিলক, অদুগা সম্রাট চন্দ্রগুপ্ত বিক্রমাদিত্যগী মহারাণী প্রভাবতীগুপ্তদা কচ্চবা খুদোলকাব্য "কুন্তলেশ্বরদৌত্য" অতোপ্প নলোময়, পুষ্পবাণবিলাস, বৈদ্যমনোরামা, মঙ্গলাষ্টাক অসিনচিংবা ময়াম অসিনা শিনবা থুংনা মহাকবি কালিদাসকী মীংচৎপু অরেপ্পা লৈতনা শন্দোকলি।

মতম অদুদমু ভারত লানথিদুনা মহাকী মিংচৎনা লঙ্কাপুরী ফাউবা নিনথি। মফম অদুগী নিংথৌনা লাকপিনুবা বার্ত্তন তৌরকপনা রাজকবি কালিদাস লঙ্কাদা চৎতুহা মহাক্কী মহাকাব্য "জানকীহরণ" নিংথৌদা অনৌবা খুদোল ওইনা কৎখি। লঙ্কাদিপতিনা ইকাইখুম্নবগা লোইননা স্বাগত তৌদুনা কবিবু রাজদরবারগী অথোইবা রত্ন অমা ওইনা লৈহল্লম্মী। মফম অসিদা নিংথৌনা মুংঙাইনা লৈহল্লম্মী। অদুবু মশক মতৌ ফজরবী সিংহল চন্নু অমনা কবিগী থমোইদা মিতাহনখি অমস্তুং লমচৎ নাইদবগী লম্বীদা চিংশিনহনখিদুনা পুন্সিদু নিঙমদনা খুদোংথিবা তাহনখ্রে।

মমৈথংদা মদুনা মরুওইবা থৌওং অমা ওইখিদুনা মমল য়াম্লবা বিশ্বকবি কালিদাসকী মপুন্সিদু থাঙথক্তা য়েক্লবশিংগী মথুবাক্তা লঙ্কাদ্বিপতা অরোইবা য়াহিপ তানখি।

যুগ কয়া হৌখ্রবস্তু কুমওন কয়া লানখ্রবস্তু ভারত সাহিত্য লৈকোন্দা উজ্জয়িনীগী মনাপুংলবা উছাদা তোংদুনা খোংখিবদু, ঙসিগী অয়ুকস্তু খোম্থাং য়ৈরি, মিরবা ইংলবা খোঙ্জেলসি জগৎ শিন্না পুক্লিং মকা লাম্না তত্তনা তারি তাইবং পুম্বনা।

———

# "ভগবতী সতী দেবী"

সৈত্য যুগকী অহানবা খেৎংফমদদি, তশেংনা লৈশেন্বা নৌরিভৈদা পনপ্রবী কোলোইনী ; মহাকী ফজরবী মিংচৎ নৌহৌনা শঙ্করী ভারত থুংনা। নিল্লিদো কুমারীকা অন্তরিগুগী হিমালয়গী চীংখোঙগী লমদমশিং শিন্না শোন্নবনা সতীগী কোলোইদো।

অসিগুম্নবী মকত্রবী গুণনা লৈতেংলবী মহাসতী অসিবু নিংশিংনরগা মুপী ওইবীশিংগী থম্মোয়দা অনকপা' অমম্বশিং কোক্সরি অমগুং নত্তবা লমচৎ গাংম্নবা পান্থে ওইরি।

দৈক্ষ্যপ্রজাপতিগী মচানুপীশিংগী মনুংদা থাইদগী হেন্না মশক মতৌ ফজরবী অমসুং মতিক মগুণ লৈরবী সতী কৌবী অমা য়াওরম্মী] সতী দেবী অঙাং ওইরিভৈদগী হৌনা লমচৎ ফজবগী গুন পুম্ননক্না অমত্তা ৱাত্তনা লৈতেংলকলবী চমু অমা ওইনা- হৌরক্লম্মী। মপুং মরৈ ফারকলবী ওইরকলবা মতাংদদী মাইথোং অত্থু লোইবী চীংদোনথক্তগী হুন্দোরকপদা ঙাইরিবা নুমিৎকুম্না ইংঙি, লুরবা থম্মোই অদূনা অয়ুক্তা শাৎপা থম্বা চামনিপালগুম্না থোৎলি, ঙাংথোরকপা খোম্থোকনা বসন্তগী ঈহৌ-রকপদা চিকনা খোঙকপা কোকিলগী খোঞ্জেলগুম্মী। তাক্লবা লৈতনা য়েৎ-ওই সুনা হৌনবী থংবী নিঙোল অমা ওইখি।

ব্রহ্মা বিষ্ণুমকনা লাই কোটি কুম্থু হুম্মদোইগা তানথুনা কৈলাসপতি মহামেরগী সহধর্ম্মিনী ওইবদা মতিক চাগনি থন্নদূনা নিংথৌ দৈক্ষ্যপ্রজাপতিগী মফমদা মচাইবেম্মা অসিবু হায়বা

লাকখি। নিংথৌনা লাইশিংবু ইকাই খুমনবা উংপা লোইননা লাম্থোকতুনা অফবা মুমিত্তা ভগবতী সতী দেবীবু লুহোংতুনা জগংকী মপু ওইরিবা মহেশ্বরগী মফমদা কংখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহা দেবনা লুহোংবা লেঙকপদা ভূত-প্রেতনা মহাক্কী প্রজা ওইনা প্ররকপা খ্বাইগা মান্নরবা শকফম প্যাল্লবা নন্দ ভৃঙ্গীনা খৌগল তৌরকপা অতুগা ফুদোংলবা লুপাগুম্না নিংথিজরবা কুচুন। লৈতেং-লবা অৱাংপা লৈতনা ফজরবা শাবল অতুদা বিভূত তৈবা অমসুং লিলগী খাওন ওল্লগা শম্লাংনা জটা পুর্বা কৈগী মউলনা খাংচেং ওইনা থোনবা তোপ-তোপ্পা শাজং অতু উবদা দৈক্ষ্যপ্রজাপতিনা য়াম্না ঙক্লা থোকখি, অতুগা ভগবানগী মতিক মগুণদি খংদবনা মমাক ওইরুরিবা অদূ য়াম্না শাওনিংখিরম্মী।

ঈশ্বরনিনা মহাক্না খল্লিবতু হেক্তা উই অতুনা কৈলাসতা সতীগা লোইননা লেঙক্লবা মতমদা ইবেম্মবু মপামিদা খক থাদে।

জগংমাতা অসিনা পরমেশ্বর শঙ্করগী পেম্নরগীদমক মুমিং খুদিংগী নিংপিনা ফজনা সেবা তৌজরম্মী। মহাসতী অমনা মপুবোইবগী মফমদা চংপা হৌনবী লমচং-ব্যবহার অতু করিমতা কাইরমদে।

নিংথৌরেল দৈক্ষ্যপ্রজাপতিনা য়াম্না চাউনা থৌরাং তৌদূনা মহাযজ্ঞ অমা বৌগংখি; মতুদা জগংকী লাইয়াম পুম্নমকপু মুপী নিপা থাক্তনা বার্তন তৌরম্মী। অতুগা শঙ্কর অমসুং সতীবুদি বার্তন তৌবিরমদে। অতুবু ভগবতীনদি মপানিংথৌনা পাং-থোকলিবা কুমৈ অহু য়েংবা য়াম্না চচ্চনিংলম্মী। মতু উবদা

কৈলাস নাথ ওইরবা মহেশ্বরনা সতীবু মপামদা কুমৈ অতু য়েংজ-রুনবা য়াথং পিবীখি। মপুরোইবগী য়াথং ফংলবদা জগৎমাতানা ৯ন্দম্বা মথক্তা তোংহুনা মপা নিংথৌগী মহাযজ্ঞগী মফমদা লেঙক-ুনা থুংঙখি অমসুং দৈক্ষ্যপ্রজাপতিগী মফমদা পরমেশ্বর মহাদেববু করি মরমদগী বার্ত্তন তৌবিদ্রিবনো হায়না হঙজরম্মী। ৱাফম অতু হৌদোকসুবদা দৈক্ষ্যনা অসুক্কী মতিক অশাউবা উংতুনা থিনা চৈবিখি অমসুং ঈশ্বর ওইরবা মপুরোইববুসু ঙাংবিখিরম্মী। লাইয়ামগী মমাংমক্তদা মপুরোইববু থিনা ঙাংলকপদা সতীগী থামোয়না খাংদুনা লৈবা ঙম্মদে অসুম্না খুমজখি:— পিনাক লিরুং থোনবা, ত্রিশূলবু খুৎলাই ওইনবা, শম্নাং মফৈ অনমা জগৎপু লেংহন্দনা পুন্দুনা পুরিবা বিশ্বনাথ ত্রিপুরেশ্বরবু অচম্বা ঈশ্বরনি খক খনবীগনু। মহাক্তি য়েরুবা পুম্নমক্কী ৱাংমদা লৈবনি, জীব পুম্নমক্কী থৱাইসু মহাক্নি, পাপ চেল্লবশিংগী পাপ কোক-পিবসু ইবুংঙো মহাক্নি, পুম্নমক্কী মরুপ্নি, প্রভুগী খুয়! থম্বালদগী চেম্বররুপা থোজালনা তত্তনা জগৎ সংসারবু শেংদোকপীরিবনি, সংসারগী ধর্ম্ম পুম্নমকপুসু ঙাকলিবা ঈশ্বরনি।

ৱাফম অসিগী তুংদগী যোগ আসন্দা সতীগী থৱাইনা মপুরোইববু থীনা হায়বা তারুরবা দেহ অতুবু থাদোকখি। পাও অসি তাবদগী মহাদেবনা আশাওবগা লোইননা লাল হৌরকতুনা মহাযজ্ঞ অতুবু থুগাইরমমি অমসুং দৈক্ষ্যপ্রজাপতিগী মকোকসু ককথৎলম্মী। সতীগী দেহ অতুদি মহেশ্বরবু খংহন্দুনা বিষ্ণুগী চক্রদা মতুপ মতুপ কক্তুনা মাংহনখি। অতুগা হান্নগী মকোক অতুগী

মহুত্তা হামেং মকোকনা শিন্দুনা দৈক্ষ্যপ্রজাপতিবু অমূক হিঙ্গং-হনখিরম্মী।

থোৗদোক অসিগী তুংদগী ভগবতী সতী দেবীগী থৱাইনা চীঙ নিংথৌগী মচানুপী মহাসতী পার্ব্বতী দেবী ওইনা পোক্লগা অমুক হন্না বিশ্বনাথ মহাদেবগী সেবা তৌদুনা কৈলাসতা জগৎপু ঙাকশেন্দুনা লৈরি।

তাইবং মীওইবা পুম্নমকনা উমা শঙ্কর অনিগী চরন্দা সংসারগী মঙ্গলগীদমক তত্তনা খুরুমজরি।

---

# যিশু খৃস্ট

নোংচুপলোমগী জগৎতা মীওইবনা ঈশ্বর ফংননবা অশেংবা লম্বৈস অদু পুথোকপিনবা লৈতত্রুনা মওং লেপ্তবা ধর্ম্মগী শাজৎনা সমাজবু মশক থিন্দুনা মতম কুইনা যুগ কয়া লৈরম্বদগী ইহুদী পণ্ডিতশিংনা জগৎ য়াইফবা ওইনবা "মেসায়া" অমা শোইদনা পোকলকপা য়ারে হায়না হৌজিক্কী চহি ১৯৬০ হেনবগী মমাংদা ঙাংনবা হৌরকলম্মী। মতম অদু "প্যালেষ্টাইল" লৈবাকসি রোমান সম্রাজ্যগী নিংথৌরেল অগাষ্টস সীজারগী লৈবাক্কী মন্নুং চনবনি। লমদম অসিগী গ্যালিলিগী পাংয়াদা অবা ন্যাজারথ

থুঙ্গংদগী লাইরবগী ফম্বাক্তা মীওইবনা পোকপগী অৱা-অনাগী শরুক্তু খাংজরক্লবা যোসেফ অমসুং গর্ভাবতী ওইরবী মহাক্কী সহধর্ম্মিনী মরিয়ম রোমান সরকারগী য়াথং মতুং ইন্না নিংথমগী ঋতুগী ইংলব ডিসেম্বর বেতলেহেম সহরদা মীকোক থিবগী মিংচনবা চংলম্মী। লাইরবনা চংজফম্ ফংদ্রদূনা শঙ্গোল অমদা য়ারেকচরুবী, অহিংগী তাংলৌ থেংলকলবদা অৱা মৈশা লাংজরবী পূকচেল তপ্লবী মরিয়ম নিংথিজরবা অমরুপা নৈত্রবা মাইথোংনা নৈতেং ওইরবা ভগবান যীশুখৃষ্টবু মচা ওইনা ফংজখি।

জগংকী য়াইফনবা পোকলকলবা যীশুবু যিফশালেমগী স্নাগী লাইশংদা পুশিন্দুনা থম্মোই শেংলবা সাইমন পুরোহিতপু আশীর্ব্বাদ তৌহনখি। ভগবানগী মাইথোং অদু দর্শন তৌরুবদা ইহুদীগী নিংথৌ ওইদুনা জগৎ লানবীরগদবা ঈশ্বরগী মচা মেসায়া অদুনি হায়না পূন্নমরা খুরুমনরম্মী।

গালিলগী নিংথৌ হেরোদনা মহাক্কী মহুৎশিনবা পোকলে হায়বা তাংদা পাখৎখিদুনা খৃষ্টবু হাৎকদবগী থিরকলবদা মিশরদা চেন্দুনা লোৎখি। নিংথৌ হেরোদনা যীশুবু থিবা ফঙকত্রদূনা কুমতুদা পোকপা মরৈবাক্কী অঙাং পূন্নমকপূ হাত্তোকখিরম্মী।

অসুম্না ন্যাজারথকী মেসায়াদূ মিশর দেশতা চহি ১২ শুবা ফাউবা নৈরুরগা মমা মপাগা লোইননা যিরুশালেম ফাউদূনা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা প্যালেস্টাইনগী জর্দন তুরেল মপান্দা ঈশ্বরগী নাম শন্দোকলিবা মহর্ষি যোহনগা উন্নরম্মী। শাগৈগীস্ ময়াম্বা থোকলবা সিদ্ধপূরুষ ওইরবা সাধু যোহনদা চংজদুনা খৃষ্টনা

ধর্ম্মগী লাইমিং লৌখি। থৌদোকসিগী তুংদা নিংথৌ হেরোদকী মুপীসি হেরোদিয়াগী মনাও মুপা ফিলিপনা হাল্লা লৌরম্মনি, অদুনা মনাওমুপীমকপু নিংথৌনা লৌশিনবদা যোহন্না য়ানিংদবা উৎখি। অদুমক্তনা রাণী হেরোদিয়াগী মুংশি-হৈতবা খুজিল থৌরাংদগী ভগবানগী ধর্ম্মগুরু যোহনবু নিংথৌদা ইনশিন্দুনা হাৎহনখিরম্মী।

মতম অসিদগী যীশুখৃষ্টনা যোহনগী মহুৎ শিন্দুনা ঈশ্বরগী মতিক মগুণবু পৃথিবীদা শন্দোকপা হৌব্রে। ঙাংথোরকপা ৱাহৈশিংনা মী পূম্নমকী থম্মোইবু পেলহনবা, তৌথোরকপা থবক্না জগৎকী য়াইফনবা ওইবা, লাইর অনং থাইদনা খুদোংথিবদা তারবা অমস্তুং অনায়েক নংলবা মীপুম খুদিংমকপু মুংঙাইনবা হোৎনবিবা অদুগা পেন্নবা সেবা তৌবিবা; থোইদোক হেন্দোক্না মশামকী ওইজবা থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা মীওইবশিংবু লানবিনবগীদমক্তা মশামকপু কৎথোকপা অদু উবদা তাইবংপানববু শেপ্পীরিবা মপু অদুগী অশেংবা মচানি হায়না খন্দুনা প্রভু যীশুগী মফমদা মীপুম তিংনা চংজবা হৌরকলম্মী। ভগবান্না চংজরক্লবা মীশিংদা অমৃতগী মিৎয়েংদা য়েংবিদুনা মপান নাইদ্রবা থৌজাল উৎপিখি।

"ঈশ্বরদি পূম্নমকী মপানি, অমস্তুং থৱায় পানবা পূম্নমকপূ মহাকনা চপ মান্নবা মুংশি। অদুনা ঈশ্বরবু লেংদ্রবা ভক্তিনা থৱাই হকচাং য়াওনা মু শিবিয়ু অমস্তুং মহাক্কী মঙ্গলগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা হোৎনৌ।

অস্থুম্না অথোইবা পাউতাকশিংনা মী খুদিংমক্কী থম্মোইবু পেন্সহনবা হৌরকলবদা মপূকচেল শেংলবা পণ্ডিতশিংমক্লা অমস্থুং মহাপুরুষশিংনা মাইকৈ খুদিংমক্তগী মপৈ মপৈ কাংবু কাংবু লাক্তুনা প্রভু যীশুগী শিষ্য ওইরক্রে। থৌদোকশিংসি উবদগী অচাউরম কানিংহুনা লৈবা থোইরবা ইহুদীগী পুরোহিতশিংনা অমদি মহাক্কী মফম শিনখিগদ্রা হায়না খন্দুনা অহিং তুম্বা ফাউবা ঙমদনা লৈরবা নিংথৌ হেরোদনা খৃষ্টগী মাংনবা খুজিল থৌরাং তৌবা হৌরক্লম্মী। মথোইনা যীশুবু ফাত্নুনা হাংকে হায়না চপয়ুংনা খন্দুনা হোংনরকলবোই ভগবানগী অথোইবা শিষ্য ২২ গী মন্নুংদা অমা ওইনা য়াউরবা "ইস্কারিয়োট" যিহুদীদা শেল পিজদুনা খৃষ্টবু পুথোরক্লবা হোংনপ্রে। ফজ্রবশিংদুগী তাঞ্জাদু ফংলবোই, নোংমা অৱাবগী শকফম্না লৈতেংলবা শগোলশেলগী অহিংনি, জৈতুন চীংথক্তা গেৎশিমানিগী লৈকোন্দা অথোইবা শিষ্যশিংগা পোথারিঁঙদা য়িহুদীগী খুজিন্দগী য়েক্লবগী লান্মীনা চংশিল্লক্তুনা যীশুখৃষ্টবু হুংশিহৈতবগা লোইননা ফাখিরম্মী।

অৱাবা দৃশ্য অদুগী মরক অতুদা আগষ্টস সীজার লৈখিদ্রহুনা টাইবেরিয়াসনা রোমগী সিংহাসন কারবা মতম্নি অদুগা পন্টিয়াস পাইলেটনা প্যালেষ্টাইনগী গভর্ণর ওইনা রোমান নিংথৌরেনগী মহুং শিনবগী থৌদাং লৌহনা লৈবাক ঙাকলী।

ইহুদী পুরোহিতশিংনা মথোইগী মগুণ মাংহল্লবা যীশুবু উবদা ঙনথৈ লৈতনা শাউরম্মী অমস্থুং ভগবান যীশুবু তমথিনা লাক্লখি। মনৈথংদা পঃ পাইলেটকী বিচার সভাদা খৃষ্টবু হাত্তোকপিয়ু,

লৈবাকপূ ইৱাং তৌহল্লিবনি অমদি ৱোমান নিংথৌৱেলগী য়েক্লবস্নু ওইৱবনি হায়গা ৱাকৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা য়েক্লবা ওইহুনা ঙৎ-নৈৱৱমক্তদস্নু য়েক্লবহু চান্নৱবা মীশক্লুম খন্দোক-তুনা মহাক্কীদমক্তা য়াইফনবা ঈশ্বরদা তক্তনা থুরুন্দ্বীরবা জগৎকী মঙ্গলগীদমক পোকপিরক্লবা খৃষ্টবূ বিচারদদি করিস্নু মরাল যংলমদে। অদূমকপূ নিংথৌরেলগী য়েক্লবা ওইনা পুরোহিতশিংগী মফমদা "যীশুনা ফংগদৌৱিবা অৱাবসিগী দোষ অপূম্বা নথোইনা পূগদবনি। ঐগী দায়িদি ওইৱোই, মসি ধর্ম্মনা সাক্ষীনি।" হায়রগা খৃষ্টবু লাম্থোকখি।

অস্নুম্না মুংশিহৈত্রবশিংহুনা যীশুখৃষ্টবু তমথিনা লাক্লরবা তুংদা সহরগী অৱাংদা লৈবা কালবারিগী চীঙথক্তা পূথক্তুনা তিম্বংগী লুহূপ উপশিনবিরগা ক্রোস মথক্তা পাং তিংহুনা হাৎখিরম্মী। ভগবানগী অৱাবা অদূ উবদা উচেক ৱায়ামক মমিক্তগী মপি শিস্থহুনা খাংখি। থৌদোকসিগী হুম্নিগী তুংদা খৃষ্টনা মোংফমদগী অমুক লেংখৎলক্তুনা শিষ্যশিংদা মুমিং নিফুনি চুপ্পা দর্শন পিহুনা সংসারদা পাংথোক্কদবা ধর্ম্মগী থৌদাংশিংহু তাকপিরমলগা "বৈথনিয়া" কৌবা মফমদা অৱোইবা বিদায় পিরমলগা স্বর্গদা লেংখি।

---

# পরমেশ্বর শ্রীরামচন্দ্র

রাজনিতিগী কাংলুপনা মতম পুম্নমক্তা "রাম রাজ্য" হায়না শোন্নরি অদুগা প্রজাবু অচান মীরাই নাইদনা অচৌ অপিশক খায়দনা চপ মান্ননা লুনা তৌবা ওইবনা ত্রেতা যুগতগীনা হৌজিক ফাউবা ঈশ্বরনি হায়না মীওইবশিংনা পুজা তৌনরি। চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদা যুগাবতার ওইনা সংসারদা তাইবংমীগী য়াই-কনবা হোৎনবিরম্নবা পরমেশ্ব শ্রীরামচন্দ্র ইক্ষ্বাকু বংশদা অযোধ্যাগী নিংথৌ দশরথগী মহারাণী কৌশল্যাগী গর্ভদগী চৈত্র শুক্লা নবমী তিথিদা পুনর্বসু নক্ষত্রনা পানবদা মীরমলেন্দা খোংদাবিরকখি।

মপান নাইদ্রবা থৌজাল অমসুং চানবীহৈবনা থম্মোইগী লৈতেং ওইরবা অতুগা পূর্নিমাগী থাজগুম নিংথিজরবা মাইথোং পুরবা রঘু শাগৈগী কোকথক্কী মনি ওইরবা শ্রীরামনা কৈকয়ীগী মচাইবুঙো বীর ভরত, রাণী সুমিত্রা দেবীনা পোকচবা লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্ন মচিন মনাও অহুম অসিগা লোইননা মহৈ মশিং নিংথিনা তমতুনা চাউরকলবা মতমদা বিদেহ দেশকী নিংথৌ জনক্কী মচা ইবেম্মা লক্ষ্মী অবতার ওইরবী ভগবতী সীতা দেবীবু লুহোংতুনা লৌখি।

অহল মতম ওইরকলবদা দশরথনা লৈবাক প্রজা অমসুং রাজ পুরোহিতকা তান্নতুনা অযোধ্যাগী সিংহাসনবু ভগবান শ্রীরামচন্দ্রদা শিন্ননবা থৌরাং তৌরকলবা মন্থরাগী খুজিন্নগী কৈকয়ী দেবীনা মচাইবুঙো ভরতপু নিংথৌ থুভম ফংননবা মহারাজ দশরথবু

ৱাশকহন্দুনা শ্রীরামবূ বন্দা চৎহনবা তাখি। জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তা পোকপিরকলবা পরমেশ্বর রাম্না মপাগী ৱাশক কায়দনবগীদমক জানকী সীতাগা লোইননা সুমিত্রানন্দন লক্ষ্মণনা থৌগল ভৌহনা বন্দা লেংখি।

মচা কাইনবগী অৱাবনা থম্মোইহু কাইখিদূনা অহল ওইরবা দশরথ নিংথৌ নোঙ্গাথ্রে। তৌইগুম্ব্সুং কলক মিহৌ লৈত্রবা লমচৎ ফজরবা ভরতকী মফমদদি নিংথৌগী সিংহাসন অহু করিসু মীহৌরমত্রদূনা মমা ইবেম্মা কৈকয়ীগী ফত্তবা থৌরাং অপূম্বা অরেম্বদা তাহনখিরম্মী অমসুং মশামক্তা চিত্রকুট য়ৌনা চৎলগা উকু শেৎ জটা পূদূনা তপস্বী ওইরবা ভগবানবু অযোধ্যাদা অমুক হনবীরক্কবা হায়খি। য়াদ্রবদা ৱাশক চেৎলবা শ্রীরামগী খুরুম অনি পূরক্তুনা সিংহাসন্দা পাঙ্গৎলগা নন্দিগ্রামদা লৈহুনা নিংথৌগী মহুৎ শিনবা ওইনা লৈবাক ঙাকখি। থৌদোকসিদা ৱাশক ঙাক্লবা শ্রীরামচন্দ্রনা দণ্ডকারণ্য বনগী মনুংদা গোদাবরী তুরেলগী মপান্দা মুনিশিংগী তপবোন ঙাক শেন্দুনা উনাগী য়ুমদা মতম লেল্লম্মী। মফম অসিদা লঙ্কাগী রাবণগী মচন সুপী শূর্পনাখাবু সুমিত্রানন্দন লক্ষ্মণনা মনাগা মনাতোনগা ককথৎতুনা থাদোকখি অমসুং মহাক্কা লোইনরকপা খরা, দূষণগা লোইননা সুংশিহৈত্রবা হিংচাবশিংসু হাৎলম্মী।

থৌদোক অসিদগী রাবণনা শাওহুনা মারীচ কৌবা হিংচাববু সনগী শজী ওলহন্দুনা শ্রীরাম লক্ষ্মণবূ থাপ্পা মায়া তৌহুনা লেংথোকহনগ্রগা ভগবতী সীতা দেবীবু হুহুনা পুপ্রে। উচেক নিংথৌ জটায়ুনা সুংশিহৈতবা লিচৎ অহুগীদমক শাউনা পায়শিন্দুনা

মবেম্মা সীতা মূলহোগে হোৎনরুবদা ৱাবণগী থৌরবা থাংনা মছাশিংহু ককথৎতুনা তাহৌরম্মী।

জগৎকী মপু ওইরবা প্রভু রামনা লক্ষ্মী কায়নবদা থম্মোই অহু পূবা ঙমদবা অৱাবা মৈচাক্না থনগ্রে অমস্তুং মনাও ইবুংঙোগা লোইননা জনক নন্দীনিবু মায়কৈ তৱা শাৎনা কোইনা থিৱক-লবদা মহারাজ দশরথগী মরুপ জটায়ুবু উন্নবদগী লঙ্কাগী নিংথৌ ৱাবণনা ফাহুনা পুথ্রে হায়বসি থংখি।

মফম অসিদগী খা পাংনা লেঙকপনা ঋষ্যমুক চীংদা ময়াম্বনা তাম্থোকপিরবা সুগ্রীবগা অথোইবা ভক্ত হনুমানগা উন্নরবদা প্রভুনা বালীবু হাৎতুনা সুগ্রীববু কিষ্কিন্ধ্যা লৈপাক্কী নিংথৌ হাপ্লগা লঙ্কাপুরী লান্দানবগীদমক্তা য়োং শওমগী লাণ্মী তেঙ্গোল শেমগৎপা হৌরম্মী। অস্তুম্না রঘুনাথনা মাল্যবান চীংথক্তা লেঙশিন্দুনা সুগ্রীবনা থৌগল তৌহুনা লৈৱিঙৈ বায়ুপুত্র হনুমাননা সমুদ্র লাম্না চোংখিহুনা লঙ্কা নগরগী মনুংদা চঙলগা আশোক বনগী মনুংদা মপুরোইবা কাইনবগী অৱা মৈশা লাংহুনা মমিত্তগী মপি কংদনা লৈরবী মহাসতী সীতাবু দর্শন তৌরম্মী অমস্তুং লমন খুমনিংবগা লোইননা লঙ্কাপুরীবু মৈ থাদোকলগা হল্লক্তুনা ফগবতীগী অৱাবহু শ্রীরাম প্রভুগী মফমদা তমলখি। খাংঙমদ্রবা মৈচাক অদু পুহুনা জগৎ নায়ক ওইরবা রঘুপতিনা য়োং শওমগী তেঙ্গোলগা লঙ্কা লান্দাবা লাকলম্মী অমস্তুং মীওই-বনা হোৎনরবদা ঙমদবা থবক লৈতে হায়বা খুদম তাকপিরম্বগুম সমুদ্রবু পন থিংহুনা থোং শারগা অঙকপা ফংলবা লাণ্মী তেঙ্গোল

অতুগা লোইননা লঙ্কা নগরী তম্না ফুজনখি।

বিশ্রবা মুনিগী মচা তৌথোরকপদা ফজদবা মরমচৎনঃ অথোইবা হিংচাবা ওইগ্রবা পৃথিবীদা মনিং তৌনা পানগ্রবা মকোক থুরা পাল্লবা ( মী মখল তরাগী মবুদ্ধি মবৌশিংতু মঙোন্দা পুন্না তিল্লবা ) লঙ্কাগী নিংথৌ দশানন ৱাবন মচা মগু পুন্নমক্কা লোইননা পরমেশ্বরগী লাণ্মীগা লান থেংনখ্রে। মমিংদা তাবদা লাইয়াম্মক্কা কিনরবা লঙ্কাগী যুবরাজ মেঘনাদ ইন্দ্রজিৎপু লক্ষ্মণনা হাৎতুনা অমদি অকিবা ফংনা চাউরবা কুম্ভকর্ণ অমসুং তমথিরবা লঙ্কাধিপতি বাবনবু মহাক্কী শাহিং চারবা মুংশিহৈত্রবা হিংচাবগী লাণ্মী পুন্নমক্কা লোইননা শ্রীরামনা হাৎতুনা জানকীবু কল্লম্মী। ভগবান্না ৱাবনগী মনাও মরমচৎ ফজরবা ধর্ম্ম কাইগ্রবা ফক্ত বিভীষণদা লঙ্কাগী সিংহাসন শিন্ন-রন্নগা পুষ্পক রথ তোংদুনা অযোধ্যাপুবদা লেঙক্লুনা জগৎমাতা সীতাদেবীবু মহারাণী হাপ্লগা পৃথিবী অপুম্বগী নিংথৌরেল ওইনা ভারতবর্ষদা পানখি।

নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ঙাকসুবনা প্রজাগী মপুক্লিং পেন্নবা হোৎনবদা মুংশিজরবী জনক নন্দীনিবু বন্দা থাদোকপিখি। মপুরোইবগী নিংবা থুংনবা হোৎনবদা গভাবতী ওইববসু অন্নাবা পুম্বা থাংদুনা বন্দা মপুন্সি লেঞ্জরবী সতী সীতাগী থম্মোইগী মনি ওইরবা মচাইবুঙো লব কুশ অনি বাল্মীককী মুনিগী আশ্রমদা পোকলম্মী।

ভগবতীনা ফাইবোক ওইনা পোকলক্লবা মচাইবুঙো অনিদু পুংকক চাউবা ফাউবা য়োকলগা শ্রীরামচন্দ্রগী খুব্যাক্তা শিন্নরমলে

অদুগা অৱাবা অমসুং ইকাইবদু থাংবা ভমকত্রদুনা পৃথি মাতাগী গর্ভদা পুন্সিগী ওইনা লেংশিনখি।

পুর্ণ ব্রহ্ম নরায়নগী অবতার ওইরবা জগৎকী য়াইফনবগীদমক পোকপিরকলবা সংসারগী মপু ওইরবা রঘুপতি শ্রীরামচন্দ্র প্রভুনা লৈবাক প্রজাবু অচান-মীয়াই নাইদনা নি খিনা ভাক্তুনা পালয়গা মচাইবুঙো অনিগী মথুংতা দেশকী থৌদাং অপুম্বা শিন্নরমদুনা ভক্তশিংবু বিদায় তৌরমলগা বৈকুণ্ঠদা সরযু তীর্থদগী লেংখি।

---

## জীন জেক্স রুসো

মীওইবগী সমাজদা মতম কুইনা খুদোংচাবা ফঙরুবা নিংথো নচিংবা মীওই থরদনা দেশ খুদিংদা অহাওবা মতোং মখৈ মখোইদগী শরুক ওইদুনা সমাজগী শকওং খুদিংমক্তা ওং-নৈদুনা মতম কুইনা পালকপা অদুগা লৈবাক্কী চাওখৎপদা যুগ যুগ খুদিংগী খুদোংথিবা পিরক্লবা অসিগুম্বা মীশকশিং অসি লৌথোক্লগা মী খুদিংমক সমাজগী থাক্তা থেন্নবা লৈতনা, আইনগী থোংদা অধিকার চপ মান্নবা অমসুং মুংঙাই য়াইফবদসু চাং মান্ননা লৈমিন্নবা মুংঙাইরবা সমাজ অদু ওইরক্লবা মহাক্কী লুরবা জ্ঞান্না থল্লবা থম্মোইদগী পুথোকতুনা জগৎতা খুদোল ওইনা ত্রাইবং মীগী কাননবা বৎচরম্নবা সর্বজ্ঞানী জীন জেক্স রুসো মুইদর্জালেপ্ত

লৈবাক্কী মোইবী চীঙসক্তা নিংথিজরবা পাৎয়াদা তাবা জিনেবা সহরদা খৃষ্টাব্দ ১৭১২ গী জুনগী তাং ২৮ দা পোকখি। শাগে অসি ধর্ম্মগী ওইবা লান্দা ফ্রান্স লৈবাক্কগী চেল্লকতুনা খুন্দারখিবনী। রুসোগী মপাদি ঘড়ী শাহ্নুনা হিংনবা হোৎনবা মীশক্নি। অদুগা মরাইবক থিরবী মমাদি মহাক পোকপদা লৈখিদ্রে।

অঙাং ওইরিঙৈদা মযুমদা মপানা লাইরিক লাইগু হৈনবা হোৎনবিরকই অদুগা মমা লৈখিদবগী মরমস্থ মপানা তাকপিবদগী খংবা ঙমলম্মী।

অস্থুম্না মতম খরা লৈরকলবা মতমদা মপানা ঘড়ী শাফমগী মপুগা খৎনরুবদগী জিনেবা থাদোকতুনা চৎত্রে অমস্থং অঙাং ওইরিবা রুসোনা মখুরাগা লৈহৌখি। থৌদোকসিদগী মহাক্কী ফিভম য়ামনা ফনকত্রহুনা মশা হিংনবগীদমক্তা মচিঙ্গাক তানবা নোট্যারিগী ( Notery দলিল্ ইবা ) থবক তৌবা য়াওরুরে, অহুদস্থ মুঙাইরকত্রদূনা ইনগ্রেভরদা ( মুংদা, উদা হক খোৎপা ) অমুক তৌহুনা য়েংলমই ; অতুবু মাঙোন্দা চানরকত্রদূনা শোক ১৭২৪ দা পোকনফম সহর থাদোকতুনা কোইনা দেশ চৎথো-রকলবদা ইটালিগী সেভোয় লমদম য়ৌরকলে। মফম অসিদা রোমান চন্নু মেদাম ডি-ৱারেসগা লৈমিননখি। মেদাম্না 'টিউরিন' সহরদা ধর্ম্মগী থৌরমশিং তম্বস্থ থারম্মী। অস্থুম্না চহি ৯ চুপনা মেদামগা লৈমিনরম্বদগী কাইনরকলবদা কোইনা অমুক চৎতুনা মপুন্সিগী ফিরেপ অমা শেম্বা য়ানবা হোৎনরকপৱু ঈশৈ শকতুনা ফাউ য়েংখি।

মমেথংলো ফ্রান্সকী কোন্নুং পেরিস সহরদা লাক্লবদা ফ্রান্সকী রাজদূতকী সেক্রেটরী ওইনা ভেনিস সহরদা চৎখি। তামথম অসিগী অচৌ অচৌবা মচিনতোংবা লৈপাক্কী মীশিংগা খংনা চান্নবা হৌরম্মী। মসুমনা অনৌবা ফিভম অমা ওইরক্লবা মতম অসিদা রুসোনা ( লেস মিউজিকেল গেলেন্টস ) ঈশৈগী লাইরিক অমা ফোংলে ; মতুদগী শোক ১৭৪৯ দা ডীজোনগী একাডেমীনা “খুৎশা অমসুং বিজ্ঞাননা চাউখৎলকপা অসিনা মীওইগী লিচং শাজং (লমচংকী নীতি) অসিবু শেংদোকপ্রা নত্রগা মোৎথহনব্রা ?” হায়না হংঙকপা রচনাদু পিখৎনরকপা ময়ামগা চাংদমনবদা মহাক্কা পাউখুম্না খৱাইদগী হেনখি। মতুদগী রুসোগী কৌক্তা মীনা তানবা কংদ্রবা অথোইবা জ্ঞানগী শরুক তুংশিন্দুনা লৈ হায়বসে অয়াম্বনা খংনত্রে। চহি ৪ গী তুংদা “মীওইবগী সমাজদা অমগা অমগা খেন্নবসি করম্না ওইরকলিবনো” হায়বা অসিগী মরমদা “লা নৌভেল্লি হৈলোইজ” কৌবা লাইরিক অসি ফোংলম্মী। অতুগা মাউন্ট লুইদা লৈরবা মতমদা শোক ১৭৬২ দা পৃথিবী ফাউরবা “এমিল” রোরা হৌজিক্কী সমাজদা মহৈ তম্নবগী শম্নোক্না ঈরবা লাইরিক অসি যংখি।

জ্ঞানী রুসোনা নিংথৌ অমসুং জমীন্দারনচিংবা প্রজাগী ঈ চুপতুনা পাল্লিবা কাংবুশিং অসি পুংলো লৌথোকপ্রগা পৃথিবীদা ইনৌ নৌবা সমাজগী শকওং অমা পুশিল্লকপা পাম্মী অদূনা সমাজ সংস্কারদা সোসাইলিষ্টকী রাজনীতি কাংলুপ্না অথোইবা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরিবা “সমাজিক ধর্ম্ম” ( লি কনত্রেক্ট

সোসিয়েল ) কৌবা জগৎ ফাউরবা লাইরিক অসি ফোংগ্রে। পৌদোক অসিদগী ফ্রান্সকী সরকারনা মহাকপু ফাত্নুা দন্দী তৌগদৌবগী কোইন্তান তান্নরক্লবদা প্রুশিয়া অমস্তুং বিলাটনচিংবা লৈবাকশিংদা কোইনা চেন্দুনা খাংলম্মী। অস্নুয়া চহি ৪ রানা খাংলুর্রবা মতুংদা ফরাসী সরকারনা থৌজানবিরকলবা মতমদা পেরিস সহরদা হুল্লকতুনা লৈরে। মমৈথংদা অর্মিনোনভিল্লি কৌবা খুঙ্গংদা মযুম মচা অমা পিবিত্নুা মপুন্সিচুপ্পা সরকারনা লৈহনখি।

অত্নুবু বালতেয়র, দিদেরো অমস্তুং মানতস্ক্যানচিংবা সমাজ শেংদোকপদা ফ্রান্সকী অথোইবা মীশক ওইরবশিং অসিগা রুসোগা য়ামনা য়েংথিনরম্মী অত্নুা মশাদা অনা অযেক লৈত্তনা ইথং থংহৌদনা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৮ গী জুলাই তাং ২ দা ইমুংদা শিত্নুা লৈরমলে।

চহি যুগ কয়া ওৎ নৈত্নুা পাল্লমবা নিংথৌ অমস্তুং জমীন্দারগী থয়াত্তগী ফ্রান্সপু কন্দুনা গনতন্ত্র রাজ্য লিংখৎলবা মতমদা ফরাসীশিংনা সর্ব্বজ্ঞানী রুসোগী মশাদু মতিক চাবা ইকাইখুম্নবা উৎপগা লোইননা পেরিসকী পেনথিওন্দা পুশিনখি।



# কর্ল মাক্স´

ইনাকখুম্বাশিংনা লাইরববু নৈহৎপসি অদূগা অচৌ অচৌবা কারখানাগী মপুশিংনা থবক শুজরিবা কুলিশিংবূ থিনা্ তৌবিবা অসি থাইনা মমাঙৈদগী হৌরকলবনি।

আমেরিকা পূথোকতূনা সনাগী খোনি ফংলূবদগী ইউরোপকী লমদমশিংদা ললোন-ইতিক্কৌদমক পোৎ-চৈ শানবা কারখানা য়ামনা লিঙ্খৎলক্মী। শেন্দোং কাহেন্না পাম্বা মপূশিং অদূনা থবক শুজরিবশিংবু ওৎ-নৈবীবা অসি মীওইবগী থম্মোয়দা থাংবা ঙমদ্রবা অরাবা শকঙং অমা ওইনা থোকলক্মী। ইশ্বরগী মখুত্তা নত্তনা ইনাকখুন্বশিংগী মখুবাক্তা মখোয়গী মপুন্সিগী হিংনবা পাম্বৈ পুম্বা পায়শিন্দুনা লৈপ্রবা মরাইবক থিরবা মীওইশিং অসি সমাজিক আন্দোলন অমনা কন্নবা নীতিবু পুথোকতুনা মপুন্সি চুপ্পা হোৎনগ্রবা বিপ্লবী কার্ল মাক্স´ জর্মন প্রুশিয়াগী রেণীশ জেলাগী ট্রায়ার খুঙ্গংদা খৃষ্টাব্দ ১৮১৮ গী মেগী তাং ৫ দা পোকখি। মমা মপানা পোকচবা মচা মঙাগী মন্থুংদা মতোমতা হিংহৌরবা বার্ল মাক্স´ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মীওইবগী অরা অনংগী ফিভমশিংহুদা মহাকী থমোইগী রাথল অহু থমহুনা হৌরক্লবনি। ট্রায়ার খুলদা বিঃ এঃ থাবা ফাউবা মহৈ তমখি। বূদ্ধি লৌশিং ফবা অঙাং ওইনা হৌরকপনা লাইরিক তম্বদদি থোইনা অপম্বা ওইনা থোকখিদে। মফম অসিদগী বোন বিশ্ববিদ্যালয়দা মশাগী চহিনা ১৭ সুবদা মথা অমুক তমথবা চংখি; অসিদগী বার্লিন

বিশ্ববিদ্যালয়দা হোংলবা মতমদা শোক ১৮৪১ দা "ডোক্টরেট" ফংখি। মহে তম্বগী থৌদাং লোইরগুনা বোন সহরদা ওঝা ওইনবা থিবা লাক্লী। ভৌইগুবসুং ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা রাজনীতি য়াউতুনা ময়াইবক থিরবা শ্রমজিবীশিংগী কাননবা হোৎনরক্লবা মীশক ওইবনা অসুপ্পা নীতিগী কাংলুপ্পা মহাকপু থবক করিসু পিনিংঙমদে; অতুনা শেল তাররনবগী খুদোংচাবা থবক ফংখিদ্রে। অদুবু শেন্না পুমগী থোইনা মিহৌবা মীশক ওইরমদে; মাগী তৌগদবা মথৌ অতু পাংথোকত্রিবা মথৈ তুমিননা লৈথোকপা হৈনদবা মীঙং অমসু ওইরম্মী। মার্ক্সনা জর্মনগী হেগেলিয়ন পার্টিগী লুচিংবা অমা ওইনা তাইবংপান্দা পোকলকপগী মথৌদা পাইখৎপা হৌগ্রে। পার্টি অসিগী খবর অমনা কোলন সহরদগী ফোংবা হৌরম্মী মাতুগী ইডিটর মার্ক্সনা ওইখি। পৃথিবীদা শকঙ অমা পুরক্লবা হোৎনরিবা বিপ্লবী অদুগী খোল্লাও তাবদা শ্রমজীবীশিংন্থু মথরাই থাবা কিদনা ইরাং হৌগৎলক্লম্মী। তশেংবা কার্লদি রাজনীতিদা য়াওদুনা লৈবাক্লী অচৌবা ফম অমা ফংগে হায়দুনা হোৎনরকপা নৎলমদে অতুবু সরকারনা খবর অদু ফোংবা থিংগ্রে।

অসুম্না খৃষ্টাব্দ ১৮৪৩ অসিদা ছাত্র ওইরিঙৈদগী থংনজরক্লবী ট্রায়ার চসু "জেনি ভোন ওয়েষ্ট ফেলেন" গা মপুনসিগী লৈপুন শেমদুনা খুন্বানবগী থোংদা কানশিম্বা হৌখি। মবুংমক্লা প্রুশিয়াগী রাজসভাদা মন্ত্রি ওইতুনা ফমলিবী অতুগা ইনাক কৈরাক খুল্লবা জর্মন সমাজগী ইকাইখুম্নবা শাগৈগী ইমুংদগী হৌরকলবী

নিঙোল জেন্নিনা মপূরোইবগী নিংলিবা অদুদা অয়েৎপা লৈতনা অৱা অনাপূপ্পা খাংদুনা মপুন্সিগী অরোইবা মিকুপ ফাউবা মাক্স্‌কা থান্নদনা লৈমিন্নখি।

অস্থুপ্পা নীতি শান্নদুনা লৈপাক্কী খুৰ্জি পাইদুনা লৈন্নিবা মীশকশিং অদুনা মশাগী ওইজবা পুন্ন। লংথোক্লক্লগা মখোয়গী বিরুদ্ধদা অকিবা লৈতনা চোংশিনলক্লীবা বিপ্লবী মাক্স্‌পু মখোয়গী মকোক শাইদৎপ্রগদোবা কৈজাওগুম উরক্লদুনা জর্ম্মন্দগী তাম্থোকখ্রে।

মাদুনদি মাঙোন্দদি হনবা নত্তে। ফ্রান্সকী পেরিসতা চেন্দুনা সমাজিক আন্দোলনগী কাংবুশিং অদুগা তান্নদুনা পৃথিবীগী শ্রমজীবী পূন্নমক অমত্তা ওইবা শিৰা কিদবা থৌনাদু পুথোকখ্রে! হায়না খোল্লাও কন্না কন্না লাওদুনা নৈহৎতুনা থম্বীবন্নবা মীশিংদু খোমজিন্দুনা অপুনবা শক্তি শেমগৎলক্লবদা ফ্রান্স সরকারমক মিপাইরক্লম্মী। মতাং অসিদা জর্ম্মন্দগী বিলাটতা মপাগী ফিন্নী কারবার তৌফমদা লৈবা এঙ্গেলসনা পেরিসতা লাকপদা কার্লগা উন্নখি; অমম্থুং সংসান্নদা অনৌবা শকওং অমা ওইননবা সামাজিক নীতি অমা পুবকপা ঙমগদবসি মাক্স্‌নি হায়বসি উর্ন্নম্মী অদুনা মহাক্কী মপূন্সিদা কার্লগী মন্ত্তং পাংখি।

মাক্স্‌না ফ্রান্সতা লৈবা য়ান্নকপ্রদুনা বেলজিয়ম লৈবাক্তা চেন্নক্লবা মতমদা এঙ্গেলসকা তান্নদুনা সাম্যবাদীশিংগী অপুনবা সমিতি অমা পৃথিবীগী ওইনা শেমজিল্লম্মী। অদুগা মহাক্কপুদা শিংদুনা লৈন্নিবা জর্ম্মনগী মৈন্নি মরক অদুদা অমুক হন্না চোংশিনখ্রে অমম্থুং শ্রমজীবীশিংদু পুনশিন্দুনা আন্দোলন কন্না

হৌখি। মতুদগী জর্মন সরকারনা মথ্বাইমক হাৎননবগী থৌৱাং তৌরক্লবদা শোক ১৮৪৯ দা বিলাট দেশতা চেনশিনখিরম্মী। রুসোনা চেল্লকপা মতমদদি বিলাট সরকারনা থাগী তলব ফাউবা পীদূনা ইকাইখুম্নবা উৎখি অদুবু মার্ক্সকি চংজফমদি পিরবস্থ অতৈদি থৌওইনা য়েংবীদ্রে। অৱা অনা পুম্বসি থাংনা থাংনা মহাক্কী কলমদগী শিন্থরকপা 'ডাস কেপিটেল' গী অহানবা শরুক মৈবূনগুম্না থোরক্লম্মী। মতাং অসিদা কার্লগী মপুন্সি অসি অনংবগী সমূক্রদা লুপশিল্লক্লে; চানিঙাই লৈত্রতুনা চৱা হেনবনা য়াম্না তোইশিল্লকখি। লাইরবা অসিমক্তনা থাংবা ঙমখিত্রতুনা মহাক্কী মশাতু নোংমা নোংমগী শোঞ্জিল্লক্লম্মী অমস্থং লাইনা মথল মথলনা নাবস্থ হৌবকখি। অসি যৌববা ফাউবদা অৱৈবা থৌনা অতু পূথোক্কুনা "ডাস কেপিটেল" গী অকোনবা শরুক অতুদদি লোইশল্লমলগে হায়না হোৎনখিবনি অতুবু ঙমখিদ্রে।

কার্ল মার্ক্সকী মপাসি ইহুদি ওইরবস্থ "মার্টিন লুথরগী খৃষ্ট্যান সম্প্রদায়গী মমুংচনবনি অতুগা সরকারগী ফম্নাইবা অমস্থ ওইখি। অতুগা মমাদি জর্মন লোন থোক্তবী হঙ্গেবিয়াত চম্নুনি। শ্রমজীবীশিং অসি কন্নবা সমাজ সেবাগী ৱাখলসি লৈবমদবা থোকলবদি ফম্নাইবা ওইতুনা মার্ক্সস্থ মুঙাইনা লেনখিরম্বা য়াই। হৌজিক্তি মতু পুমওন ওন্নথ্রে লাইরবগী খয়াম্ভগী লিংথোকপা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী মুংশিজরবী অৱাবা শরুক পুম্বদা য়াজরক্লবী জেন্নি শোক ১৮৮১ গী ডিসেম্বর তাং ২ দা তাইবংপাল থাদোকখিরমই। "প্লিউরিসি" হায়বা পংথবা লাইনানা নাতুনা

উতুপ তাবগুম লৈরবা বিপ্লবী কার্ল মাক্স্'বু মতমনা খুৎলাম তোইনা সংসারদগী হল্লকলো হায়না কৌরক্লে; খৃষ্টাব্দ ১৮৮৩গী মার্চ্চ থাগী তারিখ ১৪ দা জগৎপু বিদায় তৌরমতুনা অরোইবা য়াহিপ তানখি। জেন্নি অমসুং মাক্স´ বিলাটকী "হাঈগেট সেমিটরী" দা হৌজিক ফাওবা ফুমতুনা লৈরি।

---

# চার্লস রোবার্ট ডারউইন

## ( DARWIN )

তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা জীবশিং অমসুং উ-ৱানা চিংবা পাম্বী পুমনমকসি মশক মান্নদবা অমসুং জাৎ কয়ামরুম থোক্লা থায়দোকপা অসি করমনা ওইরক্লিবনো হায়বগী মওং অদুগা তাইবং মী অসিমক য়োংদগী ওন্থরকপা ওইগনি হায়বগী মওং অসি শন্দোক্লা হৌজিক্কী যুগকী মীনা ককপা ঙমদনবা থিজিন্দুনা তশেংনা পুথোক্লম্লবা অদুগুম্না অথোইবা মীশক ওইরবা জ্ঞানী চার্লস রোবার্ট ডারউইন বিলাটকী মাউন্ট শ্রুসবরী কৌবা মফমদা ইংশোক ১৮০৯ গী ফেব্রুয়ারী তাং ১২ দা পোকখি।

ডারউইন অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পৃথিবীগী মথক্তা লৈরিবা প্রকৃতিগী পোৎশকশিংসিগী মরমদা থগা অমসুং থিজিনবা হৌরক্লম্মী। মহাক্কী মপা "রোবার্ট ৱারীঙ ডারউইন" অসি খুনগী

ফাউরবা ডাক্তর অমনি। মহাক্না মচাবূ ডাক্তর অমা ওইহন্নিংদূনা অডাং ওইরিঁডদগী মহৈ তম্বা লোইরগা স্কোটলেণ্ডগী এডিনবার্গ বিশ্ববিদ্যালয়দা তমহনখি। অদুবু মপানা নিংলিবা ছিরম অসিদদি থোইনা খন্দ্রম্ছনা নিউ হেবনগী ডা কাবশিংগা চৎমিন্নহুনা সমুদ্রদগী কোংগ্রেংনচিংবা পুরক্লগা মাগী কাদা নৈনছুনা লৈরম্মী। মহুনা মপানা মফম অদুদগী কৌপোকহুনা কেমব্রীজ বিশ্ববিদ্যালয়গী খৃষ্ট কলেজদা তমহনখি। অসিদসু মহাক্না নিংলিবা অদুদা পাংথোক্কবা হোৎনহুনা ৈলথ্রবদা কান্নররোই খল্লদূনা শাগৈ-নাতৈ ময়াম্না মাগীদমক মতেং পাংবিরগা খৃষ্টাব্দ ১৮৩১ গী ডিসেম্বর থাদা বিয়েগল কৌবা জহাজ তোংহন্দুনা নিংজরিবত্থু মপুংফানা পাংথোচরুনবা চৎহনখিরম্মী। অসুম্না ডারউইননা ঈশিংগী লম্বীদা খা-আমেরিকাগী নোংচুপথংবা তোর্বানগী লমদমশিং অমসুং প্রসান্ত মহাসাগরগী মথাথংবা শরুক্তা লৈবা গলাপেগো ইথৎ মপৈ অমসুং তাহিটিনচিংবা দ্বীপশিংদা চহি ৫ চংনা কোইনা চৎতুনা থাইনা মমাংডৈদা তোৎনা য়ান্নদূনা লৈরম্বা শরু-শয়াংনচিংবা থিজনখি। মহুদগী হল্লক্লগা চহি মরিচুম্না মহুগী মরমদা নৈমহুনা লৈখিরম্মী। মসুং অসিদা বিলাটকী জিওলোজি-কেল সোসাইটিগী সেক্রেটরী শোক ১৮৩৮দগী ওইবা হৌখি। মথংগী চহিদা "ইমা রেজউড" কৌবী মনেগী মচাম্নুপী অসি লৌহুনা ডাইবংপান্দা য়ুমপানবগী থোংফমদা চংশিনবা হৌগ্রে। মহুগী ওলকপা কুমদা "বিয়েগল থোংচৎকী থৱায় পানবা পোৎক্কী ৱারম" কৌবা লাইরিক অসি ফোংলম্মী।

মতমসিদা ডারউইনগী মশা অসি য়াম্না ফলক্তয়ে; মতম

কুইনা জহাজ শোংলুবগী লায়না অমনা সন্তরদা লৈবা খুদোং চারকত্রদুনা 'ডাউন" কৌবা লৱায়গী খুঙ্গং মচা অমদা হোংথদুনা লৈখি। মফম অসিদা লৈরঙ্গদি লায়না অদুনা লাকশিনবা ভমখিদ্রে অতুনা পুক্নিং লৈতানা চহি খর খল্লুরগা মহাক্কী পৃথিৱী ফাউরবা "মাওং অমত্তগী ওইবা পোংকী কাংলুপশিংগী হৌবকফম" কৌবা লাইরিক অশি শোক ১৮৫৯ গী নবেম্বর তাং ২৪ দা ফোংখি। নুমিৎ অসিমক্তদা অহাম্বা ছাপা খূৎনমদগী থোকপা মসিগী কোপী পুম্নমক লৈথিরম্মী।

মাদুদগী হৌনা মহাক্কী মমিং অসি পৃথিবী শিনবা থুংনা চংপা হৌখ্রে। অদুবু মীমকপু য়োংদগী ওন্থরকপনি হায়রিবা অসি ঈশ্বরবু থৌশাদবা ওইনা থোকপনা ধর্ম্মগী মরিদদি য়াম্না অকাইবনি হায়না খৃষ্টান লম্বোইবশিংনা অশাউবগা লোয়ননা ডাবউইনবু শিংনবা হৌবম্মী। অদুবু মশাদা চেল্লিবা অনাবা অদুনা মীয়াম তিনবদা য়াউবা খুদোং চাত্রবস্থু মহাক্কী ফাউরবা ছাত্র থোমাস হেনরি হক্সলে' গা ধর্ম্মগী লুচিংবা 'বিশোপ উইলবফোর্স' কা লৈবাক মীয়াম মমাংদা থেংনহনখি। নুমিৎ অদুদা অঙকপা যংনা য়েৎনরবস্থু বিশোপ মায় পাকখিদ্রে হক্সলেনা মঙ্গল ওইরদুনা ডারউইনগী মিংচৎকী মভাল হেনগৎখি।

তাইবংপান্দা পোক্লকতুনা হোৎনজক্লবগী মহৈ য়াননবা রোবার্টনা অতৈ অতোপ্পা লাইরিক খরস্থু ইরম্মী মদুগী মনুংদা শোক ১৮৬৮ দা "জীব অমসুং পাম্বীশিংগী মথল খাইদোরকপগী

ময়ম" অদুগা খৃষ্টাব্দ ১৮৭১ দা মী ওইবা শেম্মকপা (থাবকপা) গী ময়ম (ডি ডিঁসেণ্ট ওফ মেন) অসিনা অথোইবনী।

মহাক্না মচাঙ্গুপা ৫ পোকখি মথোয়শিংনুগী মচুংদা মরিদি বিলাটকী ফাউরবা বিজ্ঞানী ঙাক্তা ওই।

চার্লস রোবার্ট ডারউইননা ডাউন কৌবা থঙ্গং অসিদা চহি ৪০ চুপ্না লৈরগা মশাগী চহিনা ৭৩ শুবদা ইংশোক ১৮৮২ গী এপ্রিল থাগী তাং ১৯ দা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহাক্কী মশাদু "ওয়েষ্ট মিনিষ্টর এববে" দা ফুম্লম্মী"।

ইকাই খুম্নরবা জ্ঞানী ডারউইনবু নিংশিংনবগীদমক্তা বিলাটকী প্রাকৃতিক পুরাবৃত্ত বিচিত্রালয় (নেচবেল হিস্তরি মিউজিয়ম ওফ ইংলেণ্ড) গী চাউরবা কাগী ময়ায়দা মুংঙৌনা মুর্ত্তি অমা শাদুনা হৌজিক ফাওবা থমলী।

---

# হজরত মহম্মদ

থা-নোংচুপ থংবা এশিয়া মহাদেশকী শরুক্তা আবব লৈবাক লৈ। থাইনা মমাংঙৈদা লমদমতুদা লৈবা মীশিংনা থা থৱানর্মিচাক, চীঙ তুরেলবু লাইনি হায়না ইরাৎনরম্মী। মথোয মশেল কাংলুপ কাংলুপ নাইনহুনা থংন-চৈনহুনা মতম লেপ্লমই। আরবকী প্রজাশিংনা অসিগুম্বা ফিভমদা লৈরিঙৈ খৃষ্টাব্দ ৫৭০দা মক্কা সহরদা কুরেশি শাগৈগী লাইরবা ইমুং অমদা হজরত

মহম্মদ পোক্লকম্মী।

মহম্মদকী মপাগী মমিংনা আবদুল্লা কৌই অদুগা মমাগী মমিংনা আমীনা বিবি কৌই। মমাইবেম্মা আমীনানা মহাক মীরোলিঙৈদা মপাবুঙ আবদুল্লা লৈখিদ্রে। মৱাইবক থিরবী বিবি আমীনানা মচাবু চেৎনা নাওকোঞ্জরম্মী। অদুবূ মহম্মদকী চহি ৭ তা ঙই রিঙৈদা মমাইবেম্মা নোঙ্গাখ্রে। অসুম্না অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈদা মমা মপা পুম্না কায়নরম্মী। তাইবংপান মপুগী থৌজালগা লোইননা পোকলক্লাবা মহম্মদপু লেম্না মাংবা য়াদবা মরম্না মথুরা আবু-তালিবনা চাউননবা য়োকচখি।

মতৌ অসুম্না লেল্লকপনা মশাগী চহি ২৫ শুরকপদা মহম্মদনা খাদিজা কৌবী ইনাক খুনবী লুগ্রাবী অমা লুহোংহুনা লৌরম্মী। মসিদগী মহাক লাইরবা কোকথি। ধর্ম্মদা পুক্লিং য়াম্না চংবা মীশর্ক অমা ওইবনা মহাক্না চহি ১৫ চুপ্না হিরা চীংগী অচিকপা চীংখুংদা লাই নিংলবা মতমদা তাইবংপান মপুনা তাকপিবা অচুম্বগী লম্বীহুগী মশক খংবা ঙমলম্মী।

মসিদগী মহাক্না লাইরবশিংবু মতেং পাংবীবা, অশোক-অনাশিংবূ বনবীবা অমসুং অপংবাশিংবু মহৈ মশিং তম্বীদুনা লৌশিং লৈহনবা অসিগুম্বা থবকশিং অসিনা ধর্ম্মগী থৌদাং অমা ওইনা পাইখৎলম্মী। ঈৱাৎ থৌনিগদবা লাইদি তাইবং-পানবা মপুতম্বি ; মপু অদুগী মমিংবু 'অল্লা' কৌই। ইবুংঙো মহাক্কী মশক মওং লৈতে। কনাগুম্বশিংনা মশক মওং শাগত্তুনা ঈৱাৎ থৌনিবা লাল্লি।" অসুম্না ধর্ম্ম শন্দোক্কুনা ল্যাইগী শক্রম

( মূর্ত্তি ) শাগৎতুনা লাংথপা অমদি হুমিং থা থৱাম্মীচাকপু ঈরাং পুজা তৌববু কননা থিংবা হোৎনখি। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী ঈহৌসি উরুকপদা আরবকী পুরোহিতশিংনা মখোয়গী খুদোংচাবা মাংবা ত্যারে খল্লুবদা মহম্মদকী মাংনবা তৌরক্লে। মসিনা মহাক্না মক্কাদা লৈবা য়াম্রক্তুনা মদিনাদা চেনখি ( খৃঃ ৬১০ )।

মহম্মদনা মক্কাদগী মদিনাদা খোংশানখিবা চহি অত্তুদগী মুসলমানশিংগী চহি মশিং থিবা তৌখি। মসিবু 'হজিরত' তৌবা হায়না খংনৈ। অসিনা মুসলমানশিংগী চহি মশিংবু "হিজরী" সাল হায়না খংনরি। মদিনাগী মীশিংনা মহাক্কী ধর্ম্মত্তুবু হরাওনা লৌখ; লমদমত্তুগী মীনা মহাকপু অল্লাগী খোজালনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী মতিক ময়ায় মপুং ফানা ফংনবা হায়বদি "লবুরত" ফংলবনি হায়না লৌনখ। অত্তুতা নত্তনা মহাকপু অল্লাগী অশেংবা খ্বাইদগী অথোইবা "রসুল" নি হায়না থাজনখি। আরব লোনগী 'রসুন' হায়বদি খোদানা থারকপা ধর্ম্ম শন্দোকপা মাবু হংনৈ। আরবকী প্রজাশিংনা মপুকচেল শেংবা অমসু ধর্ম্মগী পাউতাকশিংদু তাক্লবদা মখোয়না মহাকপু য়াম্না থাজরম্মা অমসুং মহাকপু "হজরত" হায়না কৌরমই। আরব লোলদা হজরত হায়বসি ইবুংঙো হায়বনি।

হজরত মহম্মদনা মতম খরা মদিনাদা ধর্ম্ম শন্দোক্লগা মক্কাদা মহাক্কী তুং ইনবা মুসলমান লাশ্মী পুদুনা লাক্লগা য়েক্লবা শিংবু মাইথিবা পিরমই। মহম্মদনা শন্দোকপা ধর্ম্মবু ইসলাম ধর্ম্ম কৌই; মক্কাগী মীশিংনা ইসলাম ধর্ম্মসি লৌখি।

হজরত মহম্মদনা শন্দোকপা ইসলাম ধর্ম্মগী মরু ওইবা নীতিদি তাইবংপানবগী মপু ওইরিবা লাই হায়বশি অমত্তনি অনি শূদে। অদুগুম্বা লাই অসিবু "অল্লা" কৌই। মহম্মদতী অল্লাগী য়াথং পুরকপতনি। ইসলামি ধর্ম্ম চৎপা মী পুম্নমক মচিন মনাও ঙাক্তনি অমসুং মখোয় অমগা অমগা থাজনবা অদুগা পুন্না থবক তৌমিন্নাবগী থৌরিনা পুন্নিবনি।

মতৌ অসুম্না হজরত মহম্মদনা আরব শিনবা থুংনা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোকলম্লগা খৃষ্টাব্দ ৬৩২ দা মশাগী চহিনা ৬৩ বোম শূবদা মদিনাদা নোঙ্গাখি। মহাক্না লৈখিদ্রবা তুংদা মুসলমান খালিফশিংনা ইসলাম ধর্ম্মবু পৃথিবীগী মাইগৈ পুম্নমক্তা শন্দোকখি। হৌজিক মালেমসিদা লৈরিবা ইন্দোনেশিয়া বঙ্গলাদেশ, পাকিস্থান, অমসুং ইজিপনচিংবা লৈপাক ২৮ না মুসলমানগী লৈপাক ওইরি অদুগা মীওইবা কোতি ৭০ না ইসলাম ধর্ম্ম চৎলি। খৃষ্টান, ইসলাম অমসুং বৌদ্ধ পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউবা অহুমগী মনুংদা ইসলাম ধর্ম্মসু অমা ওইরি।



# কনফুশিয়স

থায়না মমাঙৈ খৃষ্টনা পোকদা মমাং চহি ৬০০ গী মতমদা খাগী (চীনা) লৈপাক অসিগী প্রজাশিংসি য়াম্না ফিভম ফত্তবা অরাবা অমা ওইনা লৈরম্মী। নিংথৌবুসু অঙম অথৌশিংগী মথুত্তা লাইফদিবী গুম্না লৈরমী। লাকপাশিংনা মথোয় মথোয়না পুরিবা লমশিংদুদা প্রজাশিংবু ওং-নৈবিহুনা মনিং ভৌনা পানবদা নিংথৌরেলনা করিসু থিংবা ঙমলমদে। প্রজাশিংহবু মমল য়াওদনা খুংগুমল পিদনা নম নমহু থবক শিজিন্নারনী। লাইর অনংশিংনা লাইরহুনা অহুম থৈথিবা নত্তনা অমুক মপুক্সিদা সুংঙাইরকপা য়াবাগী রাখল থমনিংঙাই লৈরমদে। শম্না হায়রবদা অঙম-অথৌ ইনাক কৈরাক খুনবা মীশিংনা লাইর-অনংবা মরাইবক থিরবা মীওইশিংবু তাইবংমী অমগুম্না থক উরমদে; শা-ঙাগুম্না লোইনাবিরম্মী।

অসিগুম্বা খাগীশিংগী পূক্সিনা খুদোংথিরবা ঈপাক্তা তারিঙৈ মতমদা খৃষ্টনা পোকদবা মমাং চহি ৫৫১ দা 'লু' কৌবা খাগী লৈবাক্কী লমদা মরৌশিং লৈরবা কনফুসিয়স পোকথি। য়াম্না লাইরবা "কেং উং" শাগেগী ইমুং অমদা পোকপনি। মমা মপা য়াম্না নৌনা কাইনথি। অদুনা কনফুসিয়সনা মপুক্সি চুম্নাগী লাইরবগী থয়াংতা তানা মপুক্সিহু হিংনানবা হোৎনবদা অরাবা কয়া থেংনরম্মী। মহাক্না খাগী লৈপাক্তা লৈরিবা অচম্বা প্রজাশিংনা লেম্লীবা অরাবা শক্তম অমসুং রায়েল পথাপ শোইবদগী লৈপাক্না

ৱারিবত্থু উবদা য়াম্না ৱারম্মী। মহাক্না অসিগুম্বা থুদোংথিবদা তারবা মীওইবগী পুন্সিবু কন্নাবা হোৎনাগে খনখি।

অসিনা মহাক্না মীশিংনা খূন ১ লিংখৎত্তুনা লমহুগী মীশিংগী ওইবা চৎনা লোনচং অমা শেমগৎপা তারবদি মতৌ অম্লা থুন্নায় অদূগী লোনচং অদু শেমগৎবদবনি হায়বাগী ফজবা পথাপ শেমদূনা মহাক্না লৈপাক নিংথৌনা তাবিনবা কন্না লাউবা হোৎনরম্মী।

অদুবু মহাক্না লাউজরিবত্থু থাগী লৈপাক্কী অশুম অথৌশিংনা করিম্থু থওইনা তাবীরমদে। মঃনা লাউরিবা খোল্লাউদুগী কান্নাবা অনৌবা পাম্বৈ অমা পুথোক্লে; মহাক্না লমচৎকী ওইবা স্কুল অমা লিংখৎলগা নহারোলশিংদা মাগী পথাপশিংদু থংনবা তম্বীরম্মী। কনফুসিয়সকী পাওতাকশিংত্থু নহারোল অহম্লোম্না য়াম্না য়ারম্মী। লমদমদুগী নহারোল য়াম্না তম্নরম্মী। অচৌ অশাংশিংগী মচা মশুশিংত্থু স্কুলত্থুগী ছাত্র ওইররে। মহাক্কী পথাপশি শন্দোকপা যারগনী হায়বগী থাজবা পোকলরে; জাতিগী মরু ওইবা ৱায়েন চুপলি পাইরগদবা নহারোলশিংনা ফজবা লিচৎ শন্দোক্তুনা চাউখৎলগনি হায়বগী ৱাখলম্থু মহাক্না থলম্মী। অদুবু মহাক্কী ছাত্রশিংনা লৈপাক্কী অশুম অথৌ ওইগ্রবা তুংদদি মহাক্কী পথাপ শিংদু ইনখিদ্রে। হায়গী চৎনরকপা অত্থুদা অত্থুমক মশা মশাগী মুংঙাইনবা শিনগ্রে। মত্থুনা মহাক নিংবা কায়রম্মী। অত্থুনা মহাক্না লৈপাক্কী ফম্নাইবা ওইত্থুনা হোৎনগে থলক্লে। অত্থুবু মহাকপু কনানম্থু অচৌবা থবক হাপ্নীয়ু হায়বাদি য়ারম্মদে। মমৈথক্দা মহাক্কী ছাত্রশিংনা' নোমত্থুনা লৈপাক্কী শেন-থুম পান্নাবগী

থবক অমা ওইরম্মী। মদুগুম্ মহাকা য়ামা শাথিনা চানদবা থবক ওইরম্বনা থুনজা থবক থাদোকখি।

মতম কয়া মহাক ময়ুম মকৈ পাম্লে মচা লৈরে। অদব ময়ুম মকৈ থাদোকলগা থাগী লৈবাক্কী মফমশিংদা কোইনা চংতুনা মীওইবগী চংনা লোনচং অসি শন্দোকপা হৌথি। মথৌদা হুন্নবা মীনি। নিংথৌ অমত্তনা মহাক্না ৱায়েনবগী থৌরম পুবা য়াবা মতিক চাবা থবক হাপ্ন, হায়বা য়াম্রবাসু হনবা লৈতনা মীওইবগী চংনা পথাপপু শন্দোক্লম্মী।

কনফুসিয়সনা শন্দোক্লীবা পথাপকী মরুওইবদি ঃ- মীওইব অমা ওইনা পোক্লবদি মীগী লীচং লৌশিং অমসুং থৌন গুণ অহুমসিদি শোয়দনা লৈগদবনি। অচুম্ববুসু শেমগদবনি।

থন অমা লৈরবদি খুন্নায় অতৃগী চংনা পথাপ অমা লৈগদবনি অসুম্না চংনা পথাব অদুনা তোল্লবা তারবা অনংবশিংবু লৈখাদগী চীংখৎনবা শেমগদবনি।

লৈপাক অমা লৈরবদি লৈঙাক মপু ( নিংথৌ ) গা অঙম অথৌপ্পাগা পুকচেল থোইজেল তিন্নবা অচুম্বা চংকদবনি। য়ুম পাল্লবদি মপুরোইবগা মপীগা পুকচেল তিন্নবা পুরিংচংনা য়ুম পান্নবা হোংনগদবনি। লৈবাক অমা লৈরবদি অহলগা নহাগা থকশি খাশি কায়দনা চংকদবনি। অমসুং মরুপকা থাজনবা থনগদবনি।

মহাকপু, খাইনা "কে-উং ফু-টজু" ( গুরু কুং-উং ) হায়না কৌনবমী। অসুম্না মশাগী চহি ৬৭ শুবা ফাওবা কোইনা চত্তুনা

ধর্ম্ম শন্দোক্ত্না লৈরিঙৈদা মহাক্কী ছাত্রশিংনা হায়রজবদগী মরৈবাক 'লু' দা হলক্ত্না লৈরম্খি। মফমসিদা মশাগী চহি ৭২ শুবদা খৃষ্টগী মমাং (বিঃ সিঃ) ৪৭৯ দা নোঙ্গাখি।

কনফুসিয়সনা লৈত্রবা তুংদা মশুমুপা 'তজু·মু' না মহাক্কী পথাপশিং অদুগী "চুঙ য়ুঙ" কৌবা অপ্নবা লাইরিক অমা ওইনা প্থোকখি। মীওইবনা মহাকপ্ ধর্ম্ম শন্দোকপা ওইনা লৌনরম্মী, মাগী পথাপনা নোংপোক্কী লৈবাক শীম্না মমি তারি।



## গুগ্লিমো মার্কনি

## (Gugleimo Marconi)

তার য়াউদনা মুংশিংতদা পাও থাহ্নুনা দেশ অমদা লৈবা মীগা অতোপ্পা লমদা লৈবা মীগা খুদক্তা রা ভাংনবা য়াম্নবা তাইবং পান্বগী য়াইফনবগীদমক মপুন্সি চুপ্পা হোংনহ্নুনা হিরম অসি নিংথিজনা পাংথোকলম্লবা মীথোই মিহেল্লবা গুগ্লিমো মার্কনি খৃষ্টাব্দ ১৮৭৪ গী এপ্রিলগী তাং ২৫ দা বোলোনয়া সহরদা পোকখি। ইটালিয়ান্দা আইরিস চম্নুনা ওংহ্নুনা পোক্লবা মার্কনি অঙাং ওইরিঙৈদা অহৈ অহৈবা ওঝাশিংনা তাকপিদুনা ময়ুমদা নিংথিনা মহৈ মপুং ফানবা হোৎনখি।

বুদ্ধি লৌশিং চংথোল্লবা মার্কনিনা বিজ্ঞানগী লাইরিকশিংসিতা থিৎ হেন্না মথৱাই য়াউনা পাই ; অদুগা লেবরেটরি মচা অমা থমলগা লাইরিক্তা হায়রম্লীবা ঠিওরিশিংদু এক্সপরিমেণ্ট তৌদুনা হেক হেক চাং য়েংথোকলম্মী।

অসুম্না লেলকপনা পাথং মপুং ফারক্লবদা মশানা বৈজ্ঞানিক অমা ওইনা সংসারগী কান্নবা য়াবা থৌরম পাংথোক্লমগে খলক্লদুনা অহানবদা শিংলিবা মুংশিং অসিদগী 'নাইট্রেৎ' শেনগে হোৎনদুনা য়েংথি। মদু থোইনা মাইপাকপা ঙমখিদ্রে। মতম অসিদ 'ঐখোয়না ঙাংথোকপ্রিবা খোম্থোক অসি মুংশিংকী ঈথক অসিদা তাউদুনা লৈফম থোকত্রা ? মদুবু ফাজিল্লগা ঐখোয়না য়োহন্নিংবা মফমদা থাবা য়ারোইদ্রা ?" হায়বা ৱাখল অসি মার্কনিনা খল্লুবা হৌরম্মী। থবক অসি কবম্না ওইনা য়াগদগে হায়বসি মহাক্না লেবরেটরিদা চংদুনা অহিং মুংথিল খাক্তনা হোৎনবক্লবদা জর্মনগী ফাওরবা বীজ্ঞানী হৈনরিক হার্টজনা পুথোক্লবা ঠিওবিনা মহাক্না মতেং য়াম্না ওইখি। কবিগুম্বা ইলেকত্রিক্কী মৈবিক অমবু মফম অমদা লংবা য়াই হায়বা মার্কনিনা থবক্না পাংথোক্লবা হোৎনখ্রে মাদু উবদা মপানা "মসি মহৌশাদগী মওং অমা তৌশিল্লকলে, মতা চাত্রবদি ঙাউরে হায়নরবনি। মী ওইনবা থবক তৌ" হায়না চৈবীরম্মী। অদুবু মতম্পাক্তা পমদুনা পোকপদগী য়োক্লকলবা মমানা মচাগী জ্ঞানগী শক্তি অদু খংবনা মচানা হোৎনজবিবা থবক অদুদা য়ৈথৎপীগনু হায়না মপাবু থামজিনখি।

মমানা মচাগী পূক্লিং অদু নিংথিনা থৌগৎপিরম্মী। অসুমনা

মার্কনিনা ৱাথলগী শক্তিগী মথাদা নিংথিনা চত্থরকপনা থবক অসি মাইপাকদবগী খোংফম ওইরক্লে ; অতুনা মহাক্না হোৎনজবগী থৌরাং অসি মমা মপানা থরমথৈদি উরম্মী। থৌদোক অসিদগী মমানা হায়জতুনা মহাককী মফমদা মপাবু শেল 'ল্যার ৫০০০ মতেং ওইনবা পীহনখি। মার্কনিনা পৃথিৱীগী মফম পুম্নমক্তা তার য়াউদনা ঈ-পাও থাবা য়ানবা হোৎনবা পামই ; অদূনা থৌরাং অসি অচৌবা অমা ওইনা থোকপনা ৱোমদা চত্থ্না গবর্ণমেণ্টতা শেল থুমগী মতেং পাংবীয়ু মসি ওইথোক্কবা নত্রে হায়না মহাক্না অঙম্বা শক্তিনা কা অমদগী থংনবা কা অমা ফাওবা তার য়াউদনা পাউ থাবা অদূ উৎতুনা হায়জখি।

ইটালিদদি প্রজাশিংনা মহাকপু মীথোই মীহেল্লবা বিজ্ঞানী অমনি হায়না থাগৎনবম্মী অতুবু থোইদোকপা মতেংদি ফংখিদে। থবক্তা মপূং ফারমদনা তোকপসি হৈনদবা মীশক ওইরবা পাথং অসিনা ইংলণ্ড লৈপাক্তা লাকতুনা হোৎনরম্মী। মফম অসিদা "ট্রান্সমিটর" দা মপাঙ্গল হেঙ্গৎহল্লগা থাবদা ফ্রান্সকী উইম-বোমদগী ইংলিস প্রণালী লান্না ডোবব ফাউবা য়ৌরে। বিলাটকী ললোনবা কাংবুশিংনা শেল থায়গৎনতুনা পাঃ লাক্ষ ১ মার্কনিগী "ওয়ারলেস টেলিগ্রাফ" পুথোকপদা মতেং পাংখি।

মতাং অসিদা মহাক্না তৌরিবা অসিগী বান্নবগী চাং সমাজনা য়েংনিংবা হৌরম্মী। বিলাটকী জহাজ অয়াম্বা ওয়ার-লেসকী যন্ত্র অসি মহাক্না হেক হেক পানশিনখি। মোংমা খৃষ্টাব্দ ১৮৯৯ দা আর, এফ, মেঠুস কৌবা জহাজপা ইষ্ট গুডউইস

লাইট সির্পকা থেঙ্গাইনদুনা জহাজ অনিসি লুপ্পা তারবদা ওয়ালেস্তা পাও থারকতুনা তোংলিবা মী পুন্নমকক্কী মথৱাই মতম চানা কনখিরম্মী। মসিদা মী থুদিংমকনা মহাকপু থাগৎনখ্রে। অসুম্না তাইবং মীওইবশিংগী কাপ্পনবগীদমক্তা হোৎনরকলিবা মার্কোনিনা পৃথিবী থুংনা তার য়াওদনা পাও থাবা য়াফম থোকই হায়বসি মুপ্পা থাজরম্মী। অদুনা আটলান্টিক মহাসাগর লান্না ওয়ারলেসতা পাও থাননবা থৌরাং পায়খৎলে মদুবু কনাগুম্ব-শিংনা পৃথিবীদি মতুম তাই অদুনা পাউ অসি কোন্দুনা চৎলোই চুমদ্রিং ওইনা পৃথিবীদগী হেন্দোকতুনা চৎখিগনি হায়বসু য়াউরম্মী।

জগৎকী মঙ্গলগীদমকতা পোক্লক্লবা মীশক্লী কনাগুম্বনা য়েখৎপদা মহাক্কী মপূকনিংহু নিংহননবা তৌরমদে; অদুনা থৌরাং অসি মায় পাকনবা অহুম পায়খৎখিরম্মী। মপাঙ্গল বা হেন্দোক্লা কল্লবা ত্রান্সমিটর অমা শারে অমসুং চাং য়েংনবা মুমিং অহু ইংশোক ১৯০১ গী দিসেম্বরগী তাং ২১ দা লেপখি। পৃথিবীগী মী পূন্নমকসু করি থোক্লগদগে হায়না পাউ তানিংহুনা মনাকোং শেংদোকতুনা লৈনরি; অহুগা অৱাং আমেরিকাগী নিউফাউলেণ্ডগী চৌংদোল অমগী মথক্তা হায়রিবা মুমিং অসিদা ইযার ফোন অমা মনাকোংদা থাঙ্গত্তুনা করি পাও তাবগে হাযহুনা মার্কনিনা ঙাইখি।

মুংখিলগী পুং ২গা মিনিট ৩০ তাবা মতমদা বিলাটতগী থারকপা তেক তেক হায়বা মখোল অহুম্মক তাখি, মহু এস (S) হায়বা ময়েক অসিগী খোম্থোকনি। অসুমনা মহাকনা ওয়ারলেস টেলিগ্রাফ পুথোকপা অসি মুমিং অসিদা মপুং ফারে।

অমসুং মহাক্না মিংচংনা পৃথিবী শিনবা থুংনা ফাওরে।

তাইবং মীওইবা পুম্নমকনা ভৌবিমল ওইনা মার্কনিগী মফমদা নোবেল প্রাইজ কৌবা অথোইবা মনাসি পিছুনা ইকাইখুম্নবা উৎখিরম্মী।

মার্কনিনা মী ওইনা পোকপগী সংসারদা মহাক্না মথৌদাং পাংথোকলম্লগা মশাগী চহিনা ৫২ শুবদা শোক ১৯২৬ কী জুলাই তাং ২০ দা নোঙ্গাথি।

---

# লুই পেস্টর

## ( LOUIS PASTEUR )

ভুই অঙাউবা অমসুং লমহুইনা চিকপসি মীওইবনা য়াম্না তমথিনা খুদোংথিবা ফংই। থংনা থংনা লাইওং থংদবা লাইনাগুম মী কয়াগী মপুন্সি মাংখি। অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা লাইওং অসি শোকনবা হিদাক পুথোকতুনা তাইবংমী কয়াবু কন্নবা থৌরাং তৌরমলবা লূই পেষ্টর ফ্রান্সকী ষুরা জেলাগী মনুংদা ডোলি খুঙ্গংদা অচম্বা লাইরবা ইমুং অমদা খৃষ্টাব্দ ১৮২২ গী ডিসেম্বর তাং ২৭ তা পোকখি। মপানা শউন খোংহনবগী থবক ভৌদুনা ইমুং মনুং পুরম্মী। মমাদি মীচং মীথোক ফজবী অমসুং

মীহুৎশি থংবা ইমুংদগী হৌরকপী পুকচেল ফজবী অমা ওই, অদুনা লুইনা মীওইবগী অৱা অনাগী মরমদা য়াম্না খন্নরিবসি মমাদগী যংজবা গুণনী।

মতম থরা লৈরগা মখোয়না 'আরবোই' সহরদা হোংগৎ-তুনা লৈরবদা লুইগী মহৈ মশীং তম্বা হৌখি। অফবা ছাত্রশিংগী মনুংদা অমা ওইরম্মী। অহুম্নদি ওইরগা লাইরিক্তা পাহুনা লৈবা ছাত্র অমদি ওইদে। মহাক্না অয়াম্বা মতমদা কৈরোই লৈকাইগী অৱা অনা সেবা তৌবা কোইনা চৎতুনা লৈ। বুদ্ধি লৌশিং ফবা মীশক অমা ওইরকপনিনা অরবোই কলেজদগী বেসানকোন অমসুং পেরিসনচিংবা মফমশিংদগী বিজ্ঞানগী শককশীংসি নিংথিনা হৈনবা তমশীনখি। মসিদগী শোক ১৮৪৪ দগী হৌনা কেমিস্ত্রিগী হিরমদা মপুক্নিং চংশিনবা হৌরম্মী। অহুবু ফ্রান্সকী লালহৌদা গনতন্ত্রগী কাংলুপ্তা য়াওদুনা হোৎনরুই, মতাং অসিদা মহাকবী মমা লৈখিদবদগী অৱাবা ওইখি।

অদুবু সংসার অসিদা থংবা ঙমদবা লায়না কয়ামরুমনা মীওইববু ৱাহল্লিবা অসি থল্লুবদা মহাক্না তুমিননা লৈথোকপা ঙমলমদে অদুনা অনৌ অনৌবা হিদাক লাংথক পুথোক্তুনা অনাবা কয়ামরুম কোরুবা হোংনরম্মী। মহুদা পেল্লদুনা ফ্রান্স সর-কারনা "ডীজোন" দা প্রোফেসর ওইহনখি। মফম অসিদগী অমুক স্ত্রাসর্বগতা অমুক হোংদুনা প্রোফেসার ওইহুনা লৈখিরম্মী। মতম অহুদা কত্রঙগী কারবার তৌবসি কত্রঙমহিক্কী লায়নানা

নাদুনা য়াম্না খুদোংথিবা ফংনরম্মী। মহু মহাকনা কোকহুননবা হিদাক পুথোকতুনা মনৈথংদদি লায়না অসি মাংহনখি।

মসিগী মতুংদগী শোক ১৮৭০ দা ফ্রান্সকা জর্মনগা লাল য়াম্না কননা শোকনখি অমসুং মী য়াম্না শোকতুনা লানফমদগী পুথরকপদা বিলাটতা শিজিন্নখিবা 'এন্টি-সেপটিক' মওং অসি ফ্রান্সতা শিজিন্নবদা নিংথিনা অফবা ওইদবদগী লুইনা মদু য়াম্না তেন্না ফগৎনবা শেমদোকতুনা লাগ্নী কয়ামরুমগী মথৱাই কনখি।

লাস অসি লোইখ্রবা মতুং মহাকনা হুই অঙাউবনা চিকপদা লায়েংনবা হিদাক পুথোক্লম্মী। অহুবু নারবমকতদা মশক খংদবা হিদাক অহু হকচাংদা থাগদবা কিনৈ। অহুনা পুথোক্লিবা অনৌবা হীদাক অসি মতম খরদি ফরমগদ্রা ফরম্মোইদ্রা হায়বদু তাংদাংবা খংদবনা কনানসু শিজিন্নবিরমদে।

অসুম্না লৈরিভৈদা শোক ১৮৮৫ দদি অঙাং অমা হুই অঙাউবনা চিক্লম্মী। মহু অতৈ মওংদা লায়েংহুনা হোৎনবদা ফৎলকত্রবদা লুইদা পুরক্লুনা য়েংহনখি। মতাং অসিদা মহাক্না পুথোকলিবা হিদাক অদু কাপতুনা লায়েংবদা অঙাং অহু নাবা ফরম্মী। থৌদোক অসিদগী লুইগী মীং পৃথিবী শীনবা থুনা চৎখ্রে। ফ্রান্স সরকারনসু মহাকপু য়াম্না ইকাইখুম্নবা উৎখি।

অসুম্নসু মহাক্না হায়খি "সংসার অসিদা নিংথৌনচিংবা মীশক অমমমনা মহাকনা নিংলিবদু থুংনবা হোৎনবগীদমক মুংশিরবা প্রজা লিশিং লিশিংবু লালফমদা থাজিন্দুনা হাৎতোকই অদুগা কনাগুম্বা অমমমনা সংসারগী মীওইবা কয়ানা ৱারিবসি থনবীহুনা

কান্নরবা হিদাক কয়া কয়া পুথোক্লগা তমথিববা লাইনা কয়ামরুমদগী মী লিশিংগী মথৱাই কল্লি।”

অসিগুম্নবা আইন অনি অসি পৃথিবীদা য়েংনহুনা লৈরি অহুগা মসি কয়া কুইনা লৈখিগদৌরিবা হায়বহুদি খংবা ঙমদ্রে। মসিদা কননবা হোংনবা অসিদা ঙাইরবদি জগৎ অসি মুঙাইববা যুগ অমা ওইরগনি। লূই পেষ্টরগী মপুন্সিচুপ্পা স সারগী কান্নবা তৌরম্লগা খৃষ্টাব্দ ১৮৯৫ গী সেপ্তেম্বর থাগী তারিক ২৮ দা লোঙ্গাখি।

---

# খমনু পোঙ্গেন লাইরবী

নিংথৌ ওইনা লৈবাক ঙাকপদসু মতিকচাবা অহুগা অথোইবা জ্ঞানী ওইবা য়াবা মহাকবি ওইবদসু মতিক চারবা মীওই কয় কয়া পু-পাং শুনা শুনা চাযোক শোয়বদগী কাংথ থাং ওন্দুন মাংখি। অহুগা ইউরোপকী মুপী পুম্নমক্কী মণিনি হায়নরিবি শিটিজিবা য়োমোল্লিনোনা নিংথৌরেল নেপোলিয়ন য়োকলকপা অমসুং ভারতকী মহাসতি পুতলিবাইনা মহাত্মা গান্ধী য়োক্লকপ হৌজিক্কী যুগতা তমজনিঙাই ওইরবা চায়োক ফজবগী লংলবা খুদমনি হায়নরি। অদুবু মপুং মরৈ ফানবা মতমদা পোকচবা মচা য়োবচবগী থৌদাং লৌবদা ফজবা ওইবনি; বিষুরেখাগী উমুংদা লোক্লাক খোংবান্দা মোইরাং চমু ওইনা পোকচখ্রবী খুমন

পোঙেল লাইরবীনা মদূনিংথৌ খুমন নোংয়াই থম্বাবু মীকোক থোংবা অথোইবা মীশক ওইনবা য়োক্লকপা চায়োক অসিগুম্বদি পৃথিবীগী ইতিহাসকী লামায় শুনা হাংদোকলুবদা অতাংবা ওইরি। জগৎকী মুপী পুম্নমকনা তমজনিঙাই ওইরবা অসিগুম্বা চায়োক অসি পৃথিবীগী ওইনা ভারত চমুশিংগীদি লেমজনিঙাইনি।

লোক্তাক ইশা মাপলগী লাইজ তোর্বান থক মোইরাং লমদাইকোন কেগে খুম্বক লৈকাইদা নোংয়াই চথা ঙম্বা খুমন পুরেম্বা অথৌবগী লৈপূন তালোই ঙাম্থরৈমানা পোকচবীনি মুরা ইবেম্মা থমমুসে।

মুজা থমমু পোক্লবা ফনেক খোইদোং ছেংলিঙৈ মুরা কাংদোং ফাম্রিঙৈ মৌপরা অমুদোন নোংয়াই থম্বা পোকখিদো। লাইরবা মপান থাদে ইনাকখুম্বা মউ লিংদে মতমগী ঈচেল্লদা ল'ইর ইনাকখুত্বগী শকওংসি ওন্না ওঁন্না অতৎপা লৈত্তনা তাউথরি; গুপ্ত সাম্রাজ্যগী শকওংসু ওমথরে বেবিলনগী জগৎসু লোইশিনখ্রে, রোমানশিংগী শক্তিসু মতমগী ঈচেল্লদা লুপশিনখ্রে মুমিং তাত্রবা বৃটিশকী সাম্রাজ্য উনা উনা মতমগী নোংহোদা নোংখাং চাদুমা মচেৎ মচেৎ নিংখাইথরক্লে; মতমগী ঈচেলদা ]কনানসু শকওং লেপতুনা লৈবা ঙমদে।

অকাবদা দোলাই তোংলম্বা অকুম্বদা শগোল তোংলম্বা খুমন পূবেনবাগী ইমুংদুসু খংহৌদনা হৌরকপা মতমগী নোংলৈ মুংশিত্তা অরাবগী ঈপোম্না থেংনহুনা ঈরাক্লখ্রে।

মোইরাং চাউবা হাকন্দা কেগে থোংলেনগী খূজিন্না পম্থৌ পূরেন

অকনবা পুন্সি খাঙ্খক্তা শক্তিক মতুং ইন থবা মমৈ ৱায়খিদো। মশাৱী শেংনা থাইনা মৈশা পূরবী পলেম ঙাম্মরৈমা মমানা মমোম ওইবী খমম্নুদা মপাৱী নোংদম থীবা খুমন নৱা খৱাবু চাউবা ফাউবা নাউকোল্লকউ শিন্নরম মতম চাদনা লৈৱাং লৈখোক লোইহনা অমং য়াইথোং কুমখরে।

নিঙোল লাইবক থীরবী মুজা খমম্নু ইবেম্মা চংনবী শক্লোন খংগ্রিঙৈ লুতুং শমখাকলিঙৈ মোইৱাং থোংলেন অথৌবগা মপা ইবুঙো পূরেনবগা য়ানহনা কাকয়েন শুজা অথৌবা কেগে লালোই ফম্নাইবগী মপারি নোংখোলগী মচা ওইখিবা অঙোম ফৈরোইজাম্বদা নিঙোল ওইবাবু থাজরম্মী। অহনা পলেম পম্বৌ লৈত্রবা লমজা শারা ওইরবদা অঙোম য়ুমদা মচিন মৌপৱা মতম থর লৈখি। অহুবু চাউবনা মথোয়বু মুংশিবনী ফৈরোইজাম্বাসু শমু কাংদো, ফাদবী খোমলাং আমৃত থক্লীবা খৱাবু পলেম শকতুনা নাউকোনবীনবা কনাম্নু লৈবা উরমদে। অহনা লমজাহু অহিং নোংশোয়ৱা কপতুনা নিঙাইতা তৌদুনা লৈরম্মী। খমম্নুনা খজরম্বদি মীগী মীচেং চারবম্নু মৌপৱাবু মীরক তিনবা ঙমনবা শেমজবা অসিনি। ফিভম অদুদদি ওইবা ঙমলরোই থল্লহনা নোংয়াই মাবু পূরগা মপাগী শজাইদা হল্লকতুনা লৈখি। থৌদোক অহু তাবদা হৌনদরে হায়দুনা থোংলেন তম্না চেল্লকতুনা মচিন মৌপৱাবু পুহনা অমুক য়োকখি। তরানি মঙানিদি চ্যেকশিন্না অদুম মায়োকপীরবম্নু কুইশল্লক্লবদি মোইৱাং নোংখোলগীদা লৈবা অদুগা থোইনা থেংনরক্করে।

অহিং নোংয়াইদা হৌগৎতুনা থোংলেনবু কিবদগী মমা ময়াম অতুনা কৈরোই লৈকাই চেন্দুনা থম্বাবু থোমলাং ইনবা মুরুম মুরুম শোন হোৎনবা অতু তোইনা উরকপদা তুংদা ফন্তবা ওইরক্লগদ্রা থন্দুনা থমম্নু মিপাইরক্লবোই ময়াম্না থর মুংশিবীরিডৈ মৌপরাবু পো থুমন মরাল য়াইদা হলকতুনা লৈরখি। লোক্তাক্তগী হৈকক কম্বোং হেকতুনা চরা নোংথননৈ লৈকাই ফৌগু লংলগা মতুনিংথৌবু মবুক থননবা হোৎনজৈ। অম্নুম্না লোইদাম থাজ থর লৈজরকপবু মোইরাং থাঙ্গারাকপনা হান্নগী মলোমনা অঙাং নরা অনিতুবু য়েংশিল্লকলে। থম্বাবু পোজবা ঙাবোং থুদৈ অতুকাউ মমা ঙান্থৈমাগী অউল যন্না চু চাথোকখি হায়দুনা মরাক শেক্তুনা মুলহৌই ; লমজাশারা ওইরবা অঙাংনা কেগে অঙমবগা য়েক্লবা ওইবসি মতম অতুদি য়াম্না লুবনি। মথোয়গী মপুন্সিতু লোক্তাক ঙামি থেমনখিগদ্রা হায়তুনা থনবদা থমম্নু অহিং তুমবা ঙমদরে, অঙাংবদি কশা য়েন অঙৌবদি ঈরাৎ য়েন অমুবা থৌদে য়েন মুমিৎম্ন পুরুম য়েন য়াকথ শিংথোং লোন ইন্নুংবা ক্রেক থোংবদা নিঙোল তননা হৌগৎতুনা মতুনিংথৌবু শমু নঙ্গনথক্তা পোরগা লোইবী চীঙদা হায়গৎতুনা মথরাই হিংনবা চেলকলম্মী। ৱারবা তানফম অতুদা মপাগী মরুপ কবুই শলাংগা থেংনখি। কবুই শলাং মাইবগীদা চংজরবদা শলাং থুলাকপনা তৌবীমল উৎপগুম মচা শক্তুনা নাউকোনখিরম্মী। পূক্লিং মরা তপ্না লৈরবা মতাংসিদদি থমম্নুনা মৌপরাবু পিক্লিঙৈদগী নৌনা মরমচৎ শেমজরমই। মতন অতুগী ফজবী লমচৎ শাজৎ মহৈ মশিং পুম্নমক থম্বাবু ৱাংতনা

হৈহনখি। মতম চারে থল্লবা কান্দা মোইরাংদা অমুক পুরক্লনা নোংয়াইগী মতিক মগুণ ফোংলরে; কুমজা তরেৎ মনম লৈপাক তাখিদ্রবা নোংবান অাথা কোংয়ানবমম্নস্থ খল্বাগী মাংদা লেপ্পা ঙমখিদরে। তৌগদবা মথৌদাং পাংথোকত্রীফাউ হন্দবা খুমনগী শৌনা উবদা পোঙ্গেনবীনা করম্মা মৌপম্বাবু মীথোই মীহেম্নবা য়োকলুবনো. হায়না লৈপাকপুম্বনা থাগৎনখি। হাওবম লোক্কী তুকথুপ্তা পাম্বা কৈমককা শাথেংনহন্দুনা খম্বাগী পাঙ্গল থৌনা মোইরাং প্রজানা চাংয়েংখি। নিংথৌ যুবরাজ অনিনা অমত্তা পোকপী মমোম থোইবীবু থাজত্নুনা নোংয়াইবু মমাক ওইবা ফজখিদো। মথৌদাং পাংথোকলবী হরাউজরবী খমম্নস্থ মুপী ওইনা পোকপগী তমজনিংঙাই ওইরবা ফিদমবু তাইবংলক্কা মীংচৎকী উরোং ওইনা খিলম্নগা মশাবী ফেরোইজাম্বগা পুন্সি তোলোইনা লৈমিন্নখি।

---

## বীর নারী লক্ষ্মীবাঈ

সমুদ্র ৱাংমদগী খোংদারক্লবা বৃটিশনা নৈহুৎপদা শক-চু ওল্লবী মৱাইবক থিরবী ভারতপু কম্নবা হোৎনরা মশাগী ওইজবা পুম্বা লংথোকল্লমত্নুনা স্বাধীনতা লাল্লফমদা মথম্বাই কৎথোকপ্রবী ঝান্সিগী মহারাণী বীর নারী লক্ষ্মীবাই খৃষ্টাব্দ ১৭৩৫ গী নবেম্বর থ.গী তাং ১৯ দা বনারস (কাশী) তীর্থ গঙ্গাগী মপান্দা চিমনাজী

অপ্পাগী ৱাজ কোন্নুংগী কা অমদনি। কর্হাদা ব্রাহ্মণ কাংলুপকী তাম্বে শাগৈশী ব্রহ্মঋষি মোরোপন্তগী সহধর্ম্মিনী ভাগিরথীবাঈগী গর্ভদগী পোকখি। গঙ্গাগী কোলোই লৌথুনা মণিকর্ণিকা হায়না থোনখি। কৈরোই লৈকাইনদি মন্নুবাই হায়না কৌনৱম্মী। ব্রহ্মকুলদা পোক্লবী মন্নুবাঈ ক্ষেত্রানীগী লিংজেলস্থু পোকপদগী চেলক্লম্মী; অদূনা শগোল্ তোংবা থাং-তেন শিজিন্নবা য়াম্না মথৱাই য়াউনা নিংথৌমচাশিংগা তমীন্নখি।

মশাগী চহি ৪ শুরকপদা মমা লৈখিদ্রবীনি; অদুগা মপাগা লোইননা বেনারস থাদোকতুনা বিঠুরদা লাকলগা অংগ্রেজশিংনা শক্তি লৌথোকপিরবা পেশৱা বাজীরাও II গী মনাক্তা লৈরম্মী। মফম অসিদা মন্নুবাঈ তাম্বেনা পেশৱাগী য়োকচবা মচা ননা সাহেব অমসুং রাও সাহেব অমসুং বাজীরাওগী দান বিভাগকী অধক্ষ্য তট্টেগী মচা রামচন্দ্র পাণ্ডুরঙ্গ (তান্ত্য টোপে) গা লোয়ননা লানগী খুংগু খুংলাই অমসুং লাম্বোংশিংবা নিংথিনা তমদূনা মপুং ফানা হৈখি।

মহাকপূ পুন্নমকনা মুংশিবনা ছবীলী হায়নস্থু কৌনৱম্মী। মতমগী মতুং ইন্না মপুং মরৈ ফারক্লবী মহারাঠা চন্থু শুইরক্লবদা ঝান্সীদগী রাজ জ্যোতিষী দীক্ষতনা বিঠুরদা লাক্লম্মী। মহাক্না ব্রহ্মণী অসিগী কুণ্ডলীণীদা রাজযোগ লৈবা অদু উবদা নত্তনা নুপী মচাসিগী মরৌশিং অমসুং মথৌনা হেন্দোক থোইদোকপা অদুস্থু উখি। দীক্ষিতনা ঝান্সীদগী হনগ্রগা মহারাজ গঙ্গা ধর রাওদা মণি কর্ণিকাগী মতিক মগুণ অদু থাগৎলম্মী। মদু তাবদা

নিংথৌনা থাজবগা লোইননা মহারাণী হাপকে নিঙ্গ্রে। অদুনা শোক ১৮৪২ গী মে থাদা লুহোংহুনা ঝান্সিগী রাজ সিংহাসনদা গঙ্গাধর রাওগী ওইদা লক্ষ্মীবাঈ মিংথোল্দুনা লৈতেংগ্রে। মতম খরগী মতুংদা মচা মুপা অমা পোকর্চখি অদুবু থা অহুম ফাদ্রিঙৈদা লৈখিদ্রে। থৌদোক অসিদগী রস্তুদিও নিরানন্দকরগী মচা আনন্দ রাওবু দামোদর রাও হায়না কৌদুনা পোষ্য পুত্র ওইনা শোক ১৮৫৩ গী নবেম্বর তাং ১৯ দা য়ারম্লগা নিমিগুবা তাং ২১ দা গঙ্গাধর রাওনা শোক ১৮১৭ তা তৌখিবা সন্ধিগী মতুংইন্না য়োকচবা মচাদা সিংহাসন শিন্নবীয়ু হায়না কম্পানী সরকারদা দরখাস্ত থারম্লগা নোঙ্গাখি।

মপূরোইবা লৈত্রবা তুংদা ঝান্সিগী রাজ্য অসি প্রজাশিংবু মপূক্লিং নাহন্দনা য়াম্না নিংথিনা অরা-অনা পুনবা খাংদুনা লক্ষ্মীবাঈ-না ভাকলমই। অয়ুক্কী পুং অহুম তাবদা হৌগৎলগা প্রাতগী থৌরম লোইরবা তুংদা পুং ৮ তাবা ফাউ শ্রীরামচন্দ্রগী নাম শোন্দুনা লেল্লমই। অদুদগী দরবারদা রাকৎলবাশিংগী নীয়ম কায়দনা বীচার তৌরম্লগা লৈত লাইরশিংদা দান তৌই অমসুং পীজ পীথকই। অহিংগী পুংকম চঙক্লবদা ধর্ম্মগী লাইরিক গীতানচিংবা পাঠ তৌবা অমসুং প্রভু রামচন্দ্রগী নামবু ১১০০ ফাউবা ইবা অসি মুমিৎ থুদিংগী কাইদনা পাংথোক্লমই।

অসিগুমবা কজরবা ধর্ম্ম কাইদবা লিচৎ অমসুং প্রজাবু লুনা চান্না য়োকপা অসি উবদা ঝান্সিবাসী রাণীবু অসুক্কী মতিক মুংশি, সিংহাসনদগী খক থাংদোক্লিংদে। অদুবু ওন্থোকপনী

ভারতকী বড়লাট সাইব ওইরিবা মারকুইস ওফ ডালহাসনা ফোটলেগুগী ইকাই খুম্নরবা রামসে শাগৈদা পোকপনি, হায়না চাউথোকচবনী হায়বদগী হেন্দোকতুনা ভারতকী প্রজাশিংগী মথক্তা তমথিবা মিৎয়েংনা য়েংবা হৌরকতুনা মচা পোল্লমদরা নিংথৌশিংগী লৈবাক অসি বৃটিশকী রাজ্যদা নমদুনা হেক হেক তিনশিনখি। বড়লাট অসিনা শোক ১৮৫৪ গী ফেব্রুয়ারী তাং ২৭ তা করিমত্তা থম্নদনা দামোদর রাওবু পোষ্য পুত্র ওইবদি য়াই অতুগা নিংথৌ ওইবদি য়ারোই অতুনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগী মখুত্তা ঝান্সিগী মহারাণীনা শিন্নগদবনী হায়না ইপ্রে অসিগী ৱাফম অসি তাবদা রাণী অশাউবগা লোইনমা বৃটিশকী খুত্তা মরৈবাকপু পীরোই হায়না থমোয় চেৎনা ৱাশকখি। রাণী স্নাকোন্নুং থাদোকতুনা ঝান্সিগী কিলা মন্নুংদা লৈরগা তমথিরবা অংগ্রেজশিংগী খয়াংতগী মরৈবাকপু কন্নবা থৌরাং তৌবা হৌখিরম্মী। থমোইদা চাকচারবস্নু নোংশাগুম্বীনি, নিংথিবদা হন্দবী ভারতীনি, চেকশিন্না হোংনদুনা মত্তিকচানা লাণ্মী থোমজিনখি।

মফম অসিদা নত্রে। হিন্দুস্থান পুম্বা হৌরক্তুনা খৃঃ ১৮৫৭ গী মে থাগী তাং ১০ দগী মেরঠ, দেল্লী, লক্ষ্ণৌ, বানরস, পাটনা অমস্নুং বুন্দেলখণ্ড অসিনচিংবা মফমশিংদগী লাল হৌদুনা বহাদূর শাহবু নিংথৌরেলনি হায়না লাউথোক্লগা দিল্লিগী লাল কিলাবু জয় তৌশিন্দুনা ভারত স্বরাজ ওইনবা হোৎনরম্মী। কুম অসিগী জুনগী তারিক ৫দা রাণীগী শক্তিগী মমাংদা বৃটিশকী শাসন নিংখাইপ্রে। তাং ৯ দগী লৈপাক্কী রায়েল খুৰ্জি রাণীনা অমুক

হল্লা পাইশিনখি। তালক অসিদা সদাশিবরাও বৌবা অমনা "করেরা"দা লৈরগা ঝান্সিগী নিংথৌ মহাকনি হায়না লাওথোক্লম্মী। লাণ্মী ২০,০০০ পূক্তুনা মহারাণী ঝান্সীদগী তাম্থোকনবা লান্দারকপদা ৱাণীনা মাবু মাইথিবা পীহুনা মাংহনখিরম্মী। শোক ১৮৪৮ চঙক্লে শেমশাবা লোইরহুনা সেনাপতি জেনরেল "হ্যু রোজ"না ঙমখে লৈত্রবা মশীং থিঙমদ্রবা লাণ্মীগা ঝান্সীগী মথক্তা উপথরকলে, বীর নারী অসিনা ঙসিদি চাংয়েং মুমিংনি, ৱাণীনা শোকনগদৌং ৱিবসি মুমিং তাদ্রবা বৃটিশ সাম্রাজ্যগী লাণ্মীনি। রোমগী কৈশুমশংদা য়োহ্লিং ফলাং চন্দুনা মপুন্সি চুপ্পা বন্দি ওইথ্রবী মরুভূমিদা পোকচবী পালমাইরাগী শিঙেল ৱাণী জিনোবীয়ানা রোমান সাম্রাজ্যবু নিকহনখিবগুম। ৱাণীগী থৌনানা অংগ্রেজগী শক্তিবু নিংথাইগদ্রদোবগুম ভৌহল্লী; মুমিং ১২ নি চুপনা লাণ্মী পূন্না ফুজিন্নহুনা হাকথেংননা লাল শোকথ্রে, মথক্তা থাংশাং পাইরবী নোংশাগুম্বী ৱাণীনা য়েংনা ওইনা চোংহুনা অংগ্রেজশিংবু য়েন্দোন থরাক শোইবগুম ককথরী, ককপগী লোইবা লৈতে, রোজগী লাণ্মীনা সমুদ্রগুম তকশিলকলি ঝান্সিগী লৈমাই অহু ঈনা লোথোং ৎইনা চেনখরে, রনসংগ্রামদা ভারতকী লাণ্মী অপুম্বা হম্বা লৈতনা অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে। নিংবকায়রবী ৱাণীনা মচাইবুঙো দামোদর ৱাওবু শগোল মথক্তা হাপকৎলগা য়েক্রবগী লাণ্মী মরক থাইনা কালপী য়ৌননবা থৌখি। মরক্তা ভাণ্ডেরা খুলদা ঙহাক পোথাহুনা চা-থক্লবা লাংবা হোৎনরিঙৈদা বৃটিশকী লাণ্মীনা ৱাণীবু তানশিল্লরবদা লক্ষ্মীবাই অমুক থৌখিবনা কালপীদা থুংথ্রে। মফম

অসিদা ৱাণীবু ৱাও সাহব অমস্তুং "তাত্যা তোপে" না হৱাওনা ওকখি। কালপীগী কিলাদা শেম শাৱগা অমুক হন্না অংগ্রেজ-শিংগা লাল থেংনখি। মেগী তারিক ২৩ দা কালপী থাদোকলম্লে, জুনগী তাং ৪দা গোপালপুরদগী থৌজিন্দুনা গ্বালিয়র জয় তৌশিল্লী। মফম অসিদা রোজ অমস্তুং কর্ণেল নেপিয়রগী লাণ্মীগা শমাই লৈনদনা মায়োক্কখরে খংহৌদনা ব্রিগেদিয়ার স্মীথকী ৮ শুবা আইরিস হুসর লাণ্মীনা তুংলোমদগী হোৎচিলকলবদা ভারতকী লাণ্মীনা কাইথ্রবস্তু রাণীনা পাইশিন্দুনা হকথেংননা শোকনখি। ঙকলবী রণচণ্ডীনি! ময়াদা শগোল চুপ্লীস্তু চিক্লগা মখুৎ অনিদু খ্ংলাই পাইদুনা লাল শোক্লরি নোংদমখিবদগী য়েক্কবগী গুলিনা পানখরে অমস্তুং লাইবক্তস্তু শোক্লে, জুনগী তাং ১৭ নি রাণী লক্ষ্মীবাঈ মরৈবাক্কীদমক্তা লালফমদা মথৱাই থাখরে। রাণীগী দেহদু চিতাগী মথক্তা শ্বাধীন্তাগী যজ্ঞদা আহুতি ওইনা যোগী গঙ্গাদাস (রামচন্দ্র রাও) না মৈ চুদুনা কৎখিরম্মী। খম্বা লৈত্রবা মহাক্কী মিংচৎনা শন্দোকল্লী ঙসি ফাউবা পৃথিবী থুংনা তমনরি মহাক্কী ফজরবা লিচংতু জগৎকী নারীশিংনা।

— —

# মহাকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

গীতাঞ্জলি কবিতাগী ইংলবা মেংলবা খোম্থোকপা পৃথিবীগী কাচিন থুংনা তাহন্দুনা মী ওইবগী থম্মোইবু মলয়াগী ঈংলবা মুংশিংনা থেঙবগুম মুংঙাইবা অমসুং পেম্নবা পোকহল্লিবা কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর কলিকাতা সহরগী চিৎপুর স্ট্রিটতা জোড়াসাঁকোগী নিংথিজরবা যুমগী মনুংদা মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথকী পূকচেল শেংলবী সহধর্ম্মিনী সতী সারদামনিগী গর্ভদগী খৃষ্টাব্দ ১৮৬১ মে থাগী তাং ৭ তা পোকখি।

বৃটিশনা ভারত্তা তমথিরবা দমন নিতীবু অয়োবী থাক্তা শিজিন্নবা মতমদা পোকখরবী মহাকবি অসিবু অঙাং ওইরিঙৈদা ইমুং মনুংগী মীশিংনা 'রবী' হায়না কৌনৈ।

রবী ঠাকুর শাণ্ডিল্যগোত্রগী রাঢ়িশ্রেণী কুলীন ব্রাহ্মণনি। রাজা রামমোহন রায়গী ব্রহ্ম সমাজদা তিন্দুনা অদ্বৈতবাদনা য়ুম্ফম ওইরবা উপনিষদকী ঋাংলবা শিক্ষ্যানা শেংদোকলবা দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরদা চেল্লিবা ম্নসিগী গুণ শংহ্ মচা ১৫ গী ১৪ শুবা ওইরবা রবীগী থম্মোইদা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মপুং ফানা লৈতেংলক্লমী।

চহি ৭ শুরকপদা স্কুল তম্বা কাবদা মমাম্নবা ময়াম্না কাদূগী মনুংদা ইলাং লাংদূনা লৈবা উরগা মহাক্তা মহুবু জেলগুম্না থনখি অমসুং মহোশা লাইরেম্বীগী নিংথিজরবা দৃশ্য মরক্তা

মচৈ তম্নবতনা শিক্ষাগী মপুং ফাবা ওইগনী হায়না নিংবা হৌখিরম্মী। মসিদগী মতম থর়া লৈরগা মপাইবুঙো দেবেন্দ্রনাথকা অরাং ভারত লোমদা কোইনা চৎলুবদা হিমাচল প্রদেশকী চম্বা জেলা য়েৌরকপদা চীংথক্তা শেম্বা নীংখিজরবা সহর ডাল-হৌশিদা লৈরিঙৈ প্রকৃতিগা নিংথিনা শক থংনজখি অমসুং হল্লক্লগা ওল্লকপা কুমদা 'কবি কাহিনী' হায়বা লাইরিক অসি কোংখিরম্মী। অদূগা প্রকৃতিগী দৃশ্যবু উহন্দ্রবা কলিকাতাগী স্কুলশিংদুদা তশ্মু য়াদ্রে অদূনা ময়াম্বা সত্যেন্দ্রনাথনা বিলাটতা পূত্নুনা ব্রাইটন স্কুলদা তমহনখি। অতুদগী লণ্ডন বিশ্ববিদ্যালয়গী কলেজ কারবা মতমদা মপানা কৌরক্লহুনা ভারত্তা হল্লক্লম্মী। রবীন্দ্রসি কবিগী গুণ চেনবত্তা নত্তনা লাই য়েকপা অমসুং ঈশৈদসু থোইদোক হেন্দোকপা মীশক অর্মনি। ভারত্তা হল্লকপগী থংনবা চহিদা "সন্ধ্যা গীতা" লাইরিকসি ফোংগ্রে অসুম্বা লেল্লক-পনা মশাগী চহি ২২ শুরকপদা মৃনালিনী দেবীগা লুহোংখি। মসিদগী মতম থর ইউরোপকী দেশশিং য়েংবা চৎলুই অমসুং হল্লকলবা মতুং থরা লৈরগা মপা মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ শোক ১৯০৫ দা লৈখিদ্রে। মমুং অসিদা বঙ্গ সাহিত্যগী লৈতেং ওইনবা প্রকৃতিগী ফজববু শিংথাহুনা বাল্মীকি প্রতিভ, ডাকঘর, গোরা; যোগাযোগ অমসুং পায়শ্চিত অসিনচিংবা নাটক, কাব্য অমসুং উপন্যাসসিং মথং মথং ইখিরম্মী। কবিগী থম্মোইদা ভারত স্বরাজ ফংহন্নিংবগী ৱাখল লাক্লবদা বৃটীশনা দণ্ডি পীগদবগী ভাইহুনা লৈরবা মহর্ষি অরবিন্দবু কবিগী শৈরেংনা সহানুভূতি

পীখি। শোক ১৯১০ দা পৃথিৱী ফাওবা ভক্তিগী লৈরাং পরেং প্রকৃতিগী অনৌবা শৈহেক্তা কবিগী কলমদগী লাম্থোকচরকলে "গীতাঞ্জলী"। পাদ্রী চার্লস এনড্রুজনা ইংরেজিদা হন্দোকতুনা বিশ্বজগৎতা কবি য়কীগী মশক উংলক্লবদা মীওইবা জাতিনা ইকাইখুম্নবা উৎপগা লোয়ননা সাহিত্যগী নোভেল প্রাইজবু খৃঃ ১৯১৩ দা পীরকখী। এশিয়া মহাদেশকী মনুংদা ভারতকী কবি অসিনা মনাসি ফংবা অহানবনি। মমাংগী হৌখিরা চহিদা ভারত জাতিয় সঙ্গীত "জনগণমন" ইখ্রে। কবিনা চীন, জপান আমেরিকা অমসুং ইউরোপকী লমদমশিংদা কোইনা চৎলুই, অনসুং চিত্রশিল্পী ওইদুনা য়াখলগী ঈচেলগী তুংনফম ওইবা লাই কয়া য়েকখি। বিশ্বশান্তিগী য়াখল চিংশিল্লক্লবা মহাকবিগী মনিংতা কলিকাতাগী দেবী মন্দিরদা মরাল লৈত্ররা জীব লীশিং লীশিংবু বলি তৌদুনা হাংপা উরুবদা কবিগী থম্মোইশোকপা থেংখিরম্মী অমসুং নাটক "বিসর্জ্জন" লাম্থোকচদুনা অহিংসাগী বাণী অমা লাউজখি। শোক ১৯২১ দা বিশ্বভারততী লিংখৎলে, মসি হিংনবা শেল থায়বা ভারত দর্শন যাত্র ওইনা লাকপদা মনিপুরদসু মাই ওথরকপবু চংবদি ফংখিদরে। পুনসিগী মুমিংনা লৈথরক্লবা অহল্ল ওইরবা মহাকবিনা আশাগী তোর্ব্বান্দ লেপ-তুনা দিব্যচক্ষুনা য়েংলুখি মণিপুরবু অনসুং নোংচুপকী চীদোলনা লৈথরক্লবা ভারমদ্রাই মুমিংনা মহাকী মঙাল অপুম্বা নোংপোক্তা ওন্দুনা ইনুমগুম প্রাচীনতুবলা শাৎচখিবী চিত্রঙ্গাদাদা কবিগী সহিত্যাগী লৈজবা লৈতেংপুম্বা হাপচদুনা ভারত সাহিত্য মন্দিরদা

নাচক "চিত্র" অমসুং নৃত্যনাট্য চিত্রাঙ্গদা কচ্চরগে অনৌবা খূদোল ওইনা।

পুনসিগী সন্ধ্যা ওইরকলবদা মহাত্মা গান্ধিমক্না কবিগুরু হায়না কৌরবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু বিলাটকী ওক্সফোর্ড বিশ্ববিদ্যালয়না ইকাইখুম্নবা উৎপগা লোইননা "ডি লিট (অনারিস কজা) উপাধি পীরকখি।

অসুম্না পৃথিবী ফাওরবা ভারতকী অথোইবা মহাকবি রবীন্দ্রনাথনা "তাসের দেশ" চণ্ডালিকা, সানাই, ছেলেবেলা অমসুং রোগশর্য্যায় অসিনচিংবা লাইরিক কয়া কয়া ইদুনা মীওইনা পোকপা মপোকতা সমাজ সেবা মহৈ রাম্না তৌরম্লগা কবিগী পোক্লফমদা শোক ১৯৪১ গী আগষ্টকী তাং ৭ শ্রাবণ পুর্নিমা মুমিৎতা সংসারদগী তাইবং মীরমলেন থাদোকতুনা লাইরৈবাক্তা কাখি।

---

# ভগবান মহাবীর

ভগবান মহাবীর পৃথিবী শিনবা থুংনা মমিং চৎলবা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোক্না তাইবং পানগী জীবপুম্ববু মুংশি হৈবা থৌজাল অমদি ঙাকপী হৈবগা লোয়ননা য়োকপীবা অমসুং ঈশ্বরদা মপুন্সি পুম্বা কৎথোক্না মীওইবা অমদি তাইবংপানগী জীবশীংগীদমক্তা হোৎনবীরম্লবা মহাপুরুষনি।

ভারতকী বিদেহ দেশকী মন্নুংচনবাদা বৈশালী কৌবা নিংথৌ পানবা লৈপাক মচা অমা লৈরম্মী। লৈবাক্কী কোম্নুংনা কুণ্ডপুর (ক্ষেত্রিয়পুর) কৌরম্মী হৌজিক্কী পাটনা সহরগী অৱাংদা মাইল ৩০ রোম লাপনা লৈবনি। মফমসিদা ক্ষেত্রি বংসগী নিংথৌ সিদ্ধারথনা মাগী মহারাণী ত্রিশলা প্রিয়কারিনীগা পাল্লম্মী। রাণী ত্রিশলা বিদেহ দেশকী থুকন পাঙনবা লিচছবি শাগেগী নিংথৌগী নীংঙোলনি।

অসিগুম্লবী ধর্ম্ম লৈরবী দেবী ত্রিশলাগী গর্ভদগী হৌখিবা তীর্থঙ্কর ২৩ গী শক্তী পূম্বগা লোয়ননা পৃথিবীগী মঙ্গলগী দমক্তা খৃঃ পোক্কদবা মমাং চহি ৫৯৯ রা-লিঙৈদা চৈত্রগী পানথংলকপা ১৩ নি পানবগী অহিংগী শরুক্তা লোইরকপদা ভগাবান মহাবীব পোকখি।

মপাবুং নিংথৌ সিদ্ধার্থনা মচাইবুংঙোবু বর্দ্ধমান হায়না থোল্লমই।

শ্রীর্বদ্ধমান অঙাং ওইরিঙৈদগী মথৌনা লৈবা কিদবা লৌশিং লৈবা হন্দবা, অমম্নুং ইচংখৌবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকলমই।

মশক মতৌ ফজবা থ্বাই পূমনমক্তা ইম্নুংদা মুংশিবা শক্তমস্থু চেল্লম্মী।

নোংমা স্বর্গগী সঙ্গম কৌবা লাইনা অকীবা ফংলবা চাওরবা খারৌ ওন্দুনা কিহল্লাবাবু অঙাং ওইরিবা বর্দ্ধমাননা অকিবা লৈতনা খারৌগী মকোক্তা মথোংনা নেৎতুনা লকশিল্লম্মী। থৌ-

দোক্তুদগী অঙাং ওইরিবা বর্দ্ধমানবু মহাবীর হাইবা মিংথোনসি থোনখি। মহৈ মশীং নিংথিনা তমদুনা অঙাং ওইরীডে মতম লোয়রক্লবদা ভগবতী য়সোদা লুহোংলম্মী অমসুং মতম খরগী তুংদা মজাইবেম্মা প্রিয়র্দসনা পোক্লম্মী।

অদুবু য়ুম্বানবগী লাংদা থুদুনা মহাক্কী পুন্সিবু অরেম্বদা লোইহনখিবা পামলমদে। অদুনা মশাগী চহি ৩০ শুরকপদা ময়ুম মাকৈ থাদোকতুনা লম্বোইবা অমা ওইনা লাইনিংবা চংখি। চহি ১২ চুপনা উমং রামংদা চংদুনা লাইনিংলবা তুংদা সিদ্ধ ফংলমই। পুক্নিংবু লাকশীল্লবা সিদ্ধ পুরুষ ওইবনা খাইনা ভগাবানবু জিন হায়না খংনরমই। অদুনা ভগাবাম মহাবীরগী তুং ইনবা কাংবুবু জৈন হায়না খংনখি। মগধদেশকী কোম্নুং বাজগৃহগী মনাক্তা বিপুলাচল (বিলুলা) চীংথকতা লৈদুনা মতম কুইনা ধর্ম্ম শন্দোকতুনা লৈরম্মী। মতমদু বিম্বিসার অমসুং আজ্রতশক্রনা মথং মথং নিংথৌরেল ওইনা পাম্নিডৈ মর্তমর্দনি।

তীর্থাঙ্কর মহাবীরনা ভারতকী মকম পুম্নমক কাশী, কোসল, ভদ্রকার, মৎস্য, কলিঙ্গ, কুরুজ্জঙ্গল, কৈকেয়, কাম্বোজ; সিন্ধ, সৌবীর, হেমাঙ্গ (লনার্টক), সুর্সেন (মথুরা), অবন্তী (মালৱা); পাঙ্গল, কুসঙ্ক (আগ্রা), কুরু, কেরলানাচিংবা লৈবাকশিংদা কোইনা চত্তুনা জৈন ধর্ম্ম শন্দোক্লম্মী।

ভগবাননা কোইনা বিহার ওইনা চত্তুনা লৈবা লৈবাক্কী হায়দুনা মগঘদেশপু বিহার হায়না থোনখি। অসুমনা চহি ৩০ চুপনা ধর্ম্ম শন্দোকলমলগা মশাগী চহিনা ৭২ শুবদা ৰুঃ মমাং

৫২৭ শুবদা কার্ত্তিক কৃষ্ণা ৩০ নি পানবা স্বাতী নক্ষত্রনা পাল্লিলৈদা ( ওক্টোবর ১৫ ) বিহারগী পাৱা কৌবা মফমদা নোঙ্গাখি।

ভগবান মহাবীরনা শন্দোকলম্মীবা জৈন ধর্ম্মসি হান্নদগী হৌনা চৎনরকলবা ধর্ম্মনি হায়না জৈনাশিংনা থাজরম্মী। মহাবীরনা ২৪ শুবা তীর্থঙ্করনি মমাংদা ২৩ হৌগ্রে হায়না লৌরী ভগবান অদিনাথ ঋর্ষভদেব অহানবা তীথঙ্করনি। মাগী মহারাণী শ্রীমতি য়সবতীনা মচা ইবুংঙো ভরতকা থানা ১০০ পোকলম্মী; অসিগুম্নবা মচাইবুংঙো চক্রবর্ত্তি ভারতকী মমিং লৌহুনা লৈবাকসিবু ভারতবর্ষ হায়না থোনখি।

কেবলীন সর্বজ্ঞান মহাবীরগা হেক থংনবা মমাংনা পার্শ্ব-নাথনি। নিংশিংবা য়াবা তীথঙ্করশিংদী সভবনাথ, অভিনন্দননাথ সুমতীনাথ, পদমপ্রভু, সুপার্শ্বনাথ, চন্দ্রপ্রভু, পুস্পদন্ত, শীতলনাথ, শ্রেয়াংসনাথ, বাসুপুজ্য, বিমল নাথ, আনন্তনাথ, নেমিনাথ, ধর্ম্মনাথ, শান্তিনাথ, কুনথুনাথ, অরহনাথ, মল্লিনাথ’ মুণিসুবর্ত্তা অসিনি।

মহাবীরগী মরুওইবা পাওতাক্তী থৱায়পানবা পুন্নমকপূ থৌজানবীবা, হিংশা তৌদবা, অচুম্বা ঙাংবা, মমা মপাগী য়াথং ইনবা জীবশিংবু য়োকপিবা অমসুং কনবিবা অসিনি। মসিনা মহাবীরগী পাওতাক ইল্লিবা জৈনশিংনা ককচেংমক্কী চানবা চীনী ফাওমা হুন্দুনা জীবশিংদা থৌজাল উৎলি জৈনাশিংনা শা, ঙা চাদে মনা মশিং শঙ্গোমনচিংবা অশেংবা চীঞাক চাহুনা পুন্সি লেল্লী।

# স্বামী বিবেকানন্দ

নোংপোক ভারতা লৈরিবা লমদমশিংগী মনুংদা বঙ্গালা লৈবাক্না খাইদগী চাউবা প্রদেশ ওইরাবসু বৃটিশনা পানবা হৌত্রিৰৈংগী মমাংদগী লম অসিগী প্রজাশিংগী ফিভমসি মখোয় মশেন অমত্তা তিন্নাবা য়াদনা লৈরম্মী। মরু ওইনা হিন্দুশিংগী মনুংদা বর্ণ খাইবাসিনা খাইদগী অন্নাবা ওইরম্মী। মখোয় মশেল পুকচেল খোইজেল তীন্নাদবাসিনা মুসলমানশিংনা ইলাই লাইনা খুত্থম চনশিন্দুনা মখোয়গী মথক্তা পালম্মী। মুসলমানশিংনা পাল্লবা মতমদা হিন্দুশিংগী ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, সুদ্র হায়না খায়বা বর্ণগী থৌরমশি অমুক হেন্না চেংশিনহনখি। মাংবা শেংবা হায়বসিনা মখোয়গী চাউরবা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নখি। মুসলমান নিংথৌ-শিংনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী ৱা তারগা হিন্দুশিংগী অচুম অরানগী বিচার তৌরম্মী। বিচারদা মরাল লৈহন্নাবা মরাইবক থিরবাশিংদু ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী মন্না মতুংইন্না "মাংলে" হায়না লৈপাক থংনবা লাউথোক্লম্মী। অতুগা নিংথৌ নত্তনা কনানসু অমুক শেংহনবা য়াদে হায়বশিমসু লৈরম্মী। অদুবু মতমত্থুদা মুসলমান নিংথৌশিংনা 'মাংলবা হিন্দুশিংত্থুবু অমুক শেংদোকপিবা হায়বশিংদি তৌবীরমদে। অসুম্না ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগা মুসলমান লৈঙাকপশিংগী তমথিবা থয়াৎতা বাঙ্গালী হিন্দু লাখ কয়ানা ঈরাক্লাত্থুনা লৈরম্মী। মখোয়শিংত্থুগী মনুংদা খাইদগী মরাইবক থিবদি সুদ্র হায়বা

কাংলুপ অদুনি। বাঙ্গালী হিন্দু সমাজনা শোক্লা শম্নবিদ্রবা সুদ্রশিংনা শা-মক্তুদগীসু হেন্না তোন্না মপুন্সিহু লেল্লী। মখোয়না মীওইবাগী কাংলুপ মরক্তা লৈজরবাসু খুন্নাইদুগী ফংফম থোকপা হক অমত্তা ফংলমদে। অসুম্না হিন্দুশিংগী বর্ণ খাইবনা বঙ্গালীগী খুন্নাই অত্থু মচোয় মচোয় তাহুনা লৈরম্মী। মখোয়দগী হেন্না মীশিং য়াম্বা কাংসুপ অদু পুনশিনবা য়াদনবা পাম্বে অমা ফংবা অত্থুদা বঙ্গালী-শিংগী মথক্তা ৱায়েনবা য়ানবা মুসলমান লৈঙাকপা নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংনা হিন্দুশিংগী বর্ণ খাইবাবু কন্না পুক্লিং থৌগৎলম্মী অমসুং মরা চেৎনবা হোৎনরম্মী।

মতৌ অসুম্না বাঙ্গালীগী খুন্নাই অত্থু চহি চা কয়া লেলক্লবানা বর্ণ খাইবা অমসুং মাংবা শেংবাগী তমথিবা খায়াৎতগী কন্নাবা হোৎনবদা বঙ্গালী হিন্দু লাখ লাখ মুসলমান ওনখ্রে। মমৈথংদা বিভাগ মঙা থোকপা লৈপাক অত্থু বর্দ্ধমান অমসুং প্রেসিডেন্সী বিভাগ নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তা লৈবা হিন্দু পুম্নমক মুসলমান ওনখি। মতৌ অসুম্না বাঙ্গালী হিন্দুশিংনা মকোক্তা মথুৎ হাপতুনা লেল্লিঙৈদা লৈপাক অদু মুসলমানদগী বৃটিশনা লৌরম্মী। বিলাট নিংথৌগী মখাদা লৈরবা মতমশিদা ব্রাহ্মনশিংনা মীবু মাংহনবা য়ারোই হায়দুনা সরকারগী হুকুক অমনা থিংখিরম্মী। মসিনা বঙ্গালীশিংনা স্বর থরা হোন্দোক্তুনা বিলাটকী মখাদা ইংনা লৈবা ঙমখি।

মতম অসিদা খৃষ্টাব্দ ১৮৬৩ গী জানুয়ারী তাং ১ নিংথৌকাবা নুমীৎকী নোঙালমদাইদা নরেন্দ্রনাথ দত্ত কলকটা সহরদা পোকখি। মপাগী মমিংনা বিশ্বনাথ অমসুং মমাগী মমিংনা ভুবনেশ্বরী কৌই।

মমা মপানা মখোয় মচিন মৌপৱা তরুক পোকপনি ; মুপী অহুম, মুপা অহুমনি। মচেম ইবেম্মা স্বর্ণময়ীনা খৱাইদগী অহনবনি। মতুংগী মথংদা নরেন্দ্রনাথ পোকপনি।

নরেন্দ্রনাথ অঙাং ওইরিঙৈদগী মরৌশিং লৈবা অমা ওইনা হৌরকই অমসুং লাই নিংবগী ৱাখল চেলকই। মহাক খৃষ্টাব্দ ১৮৮৩ দা কলকাটা প্রেসিদেন্সী কলেজদগী বিঃ এঃ পাস তৌখি। মতুংগী মতুংদা লো ( বিঃ এলঃ ) তমথরম্মী অদুবু তম্বা লোইরবসু অরোইবা পরিক্ষাদদি পীখিদ্রে।

পুন্সিগী য়াম্না নৌরিঙৈ মতমদগী ধর্ম্মগী মরমদা খন্থকুনা লাকপা মরম্না মহৈ তমলিঙৈ মতমদগী মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুরগী মনাক্তা চংতুনা ব্রহ্ম সমাজগী মেম্বর অমা ওইনা য়াওরম্মী অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদা কুপনা থিজিনবা হৌখি।

অসুম্না লৈরিঙৈদা মহাক্কী কলেজগী পুন্সিগী মতাংদদি ছাত্র ময়ামগী অপুনবা মীফমদা দক্ষিনেশ্বরগী শ্রীরাম কৃষ্ণ পরমহংসনা ধর্ম্মগী মরমদা ৱা ঙাংবা মহাক্না তাখি। মদু তারুবদগী মাগী মপুক্লিংদা দক্ষিনেশ্বরগী ৱাখল থম্বা হৌরমই। কলেজগী পরিক্ষা থাবা লোইরবা মতুংদা শ্রীরাম কৃষ্ণগা উনরমই অমসুং ধর্ম্মগী পাওতাকশিং তাবা হৌরমই।

ব্রহ্ম ঋষি শ্রীরাম কৃষ্ণনা নরেন্দ্র নাথবু খ্বাইদগী লুনা চান্না তৌবীরম্মী অদুগা মহাক্কী নিংথিবা পাওতাকশিংদু মরিক চুমনা তাকপীরমই। “মীওইবা পুম্নমক ঈশ্বরনা মীৎয়েং অমত্তদা চপ মান্ননা শেম্বীরকপনি অমনা অমবু হন্থনা য়েংবা চুমদে, পুম্নমক

চপ মান্নে। অসুম্না মীওইবা পুন্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা মীৎ-য়েংদা য়েংনবা তাকপা পাওতাক কয়া মুন্না তাশিনখি।

মপাবুং বিশ্বনাথনা নরেন্দ্রবু ময়ুম মকৈ পান্নবা মুপী হায়রমই! অদুবু নরেন্দ্রনা লুহোংঙউ হায়বা য়াখিদ্রে। মতম খর লৈরগা মপাবুং নোঙ্গাখ্রে। অদুনা মমা ইবেম্মা ভুবনেশ্বরীনা মচা লুহোংনবা অমুক হন্না শিল্লনই। ৱাফম অদুসু নরেন্দ্রনা য়াবা লৈখিদে। মমৈথংদা মহাক্কী নিংলিবা খোংথাং অদুদা ইমুং মন্নুংনা অমুক য়েৎপা তৌখিদ্রে।

মসিদগী নরেন্দ্রনাথনা দক্ষিনেশ্বরদা চৎতুনা শ্রীরামকৃষ্ণগী মফমদগী সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি। মতম অদুদগী নরেন্দ্রগী মিং অসি স্বামী বিবেকানন্দ হায়না খোনখ্রে।

মহাক্না নোংচুপ ভারতকী মফম কয়াদা কোইনা চত্তুনা য়েংলমী। শ্রীরাম কৃষ্ণগী পাওতাক্কী মথাদা থবক কয়া চৎথখি। শ্রীরামকৃষ্ণনা খৃঃ ১৮৮৬ কী আগষ্ট তাং ১৬ তা নোঙ্গাখ্রে। মদুদগী মহাক্না হিন্দু ধর্ম্মবু কয়িগুম্বা চংনবী খরগী পন মন্নুংদা য়োম-শিন্দুনা থম্বাগী মহুত্তা পৃথিবীদা মশক উত্তুনা ধর্ম্ম অতৈগা লৈমিন্নবা পামলম্মী। মতুনা মহাক্না ১৮৯৩ দা আমেরিকাদা চত্তুনা চীকাগো সহরদা পৃথিবীগী ধর্ম্মগী সভাদা হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদা ৱা ঙাংখি। মুমীৎ অদুদগী হৌনা নোংচুপলোমগী মীওইশিংনা হিন্দু ধর্ম্মদা মীথয়েং তারক্লে অমসুং ইকায় খুম্নাবা উৎপা হৌরক্লে। মহাক্না আমেরিকা অমসুং ইউরোপকী মফম কয়াদা কোয়না চত্তুনা হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদা লেকচর কয়া তৌখি অমসুং মীংচং কয়া শন্দোকখি।

মহাক্কী অসিগুম্বা লিচৎ অসিবু থায়নগী হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবীবু চেৎনা থাজবা ব্রাহ্মণ পুরোহিতশিংনা ব্রাহ্মণশিংগী মনায় ওয়রতুন। লৈবা কায়স্থ্যশিংনা অসিগুম্বা ধর্ম্মগী থবক তৌবশি চুমদে লাল্লী হায়রতুনা মীচং খোমরতুনা মহাক্কী মথক্তা চৈ থাংবা কন্না হৌরম্মী। অতুবু কাংলুপ খর অমনদি মহাকপু মথৌদাংদু পাংথোকপগী থাগৎপগী খোল্লাও কয়া লাউখি। মমৈথংদা মহাক্কী অচুম্বা অশেংবা মথৌদাং অতুমক্তুনা য়েক্লবাশিংগী খোল্লাও পুম্বা নমথখি অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী লুচিংবা অমা ওইখ্রে।

মহাক্না ভারত্তা হল্লক্লগা নোংচুপ বেঙ্গলগী বেলুর মঠদা শ্রীরাম কৃষ্ণ মিসন খৃঃ ১৮৯৭ তা লিংখৎখি। হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা শাফু অমা লৈবা হৌরম্মী। ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী মফম কয়াদা রাম কৃষ্ণ মিসনগী মশা কয়া লিংখৎখি। মসিগী তুংদা মহাক খৃঃ ১৯০২ গী তুলাই তাং ৪ দা নোঙ্গাখি।

মহাক্না লৈখিদ্রবা তুংদা রাম কৃষ্ণ মিসন ইন্সতিতিউৎ ওফ কলচরনা "বিবেকানন্দ মনা" কৌবা লুপা ১০,০০০ গী শেনফম অমা চহি খুদিংগী ধর্ম্মগী মরমদা ইবা মীওইদা পীবা হৌখি।

---

# লাও-জু

খাগী লৈবাক্কী 'চু' (লু-য়ি) ষ্টেটকী 'হু' জিলাগী মনুংদা লৈবা "চু-য়েন" খুঙ্গংদা খৃঃ পোক্কদবা মমাং চহি ৫০০ রোম রাংলিডৈদা খাগী অমদি ধর্ম্মগী লুচিংবা লাও জু পোকখি। টাও ধর্ম্মগী লুচিংবা অসিনা পোকপা মতম অত্তুদা খাগী লৈবাকসী "চান" নিংথৌ শাগৈনা পাল্লি। মতম অদুদা লৈবা খাগীশিংনা তাইবং পান মপুবু করম্না নিংগনি করম্না থুরুমগনি করমনা ইবুংঙো মহাক্কী কোলোইবু লৈশি লৈথোনগনি হায়বগী পথাপ মরিক চুমনা লৈরমদে। মানা মা·া থোকপা তৌরম্মী। মদুবু মহাক্না পথাপ নাইনা লেংশিনখি। লাইপোক ওইরবা ধর্ম্মগী লুচিংবসি মমা ইবেম্মাগী গর্ভদা চহি ৭২ মীরোনহুনা লৈখি। মহাক্কী থরাইনা মমাগী ওইথংবা পুকচেপ্পুগী চংখি। "লি" কৌবা উ পাম্বী অমগী মখোংদা মমাগী পীবুক মুংদম্মী তাইবং ফাওরকখি। অহুনা ধর্ম্ম গুরু অসিদগী শাগৈবু "লি" শাগৈ হায়না থংনরমই।

লাও-জুনা চাউরক্লবা মতমদা খাগী লৈবাক্কী লমদমশিংদা কোইনা চৎলমই। মহাক্না চীন ষ্টেট চংলকপা মতমদা ময়ামনা হায়জবদগী 'সিয়েন-কু" কৌবা মফমদা মহাক্কী মালেম ফাউরবা "তাও-তে-চিঙ" কৌবা লাইরিকসি ইখি। রাহৈ ৫০০০ না শাবা ভলুন অনি থোকই। কাংলুপনা মডানি, চেপ্টরনা ৮১২ নি। লাইরিক অসিদা লাইনিং লিচৎকী কাংলোন মরিক চুমনা সুগায়না ইহুনা তাক্লি। মীওইবগী পুন্সিদা থেংনগদৌরিবা থৌ·োক হিরম-

শিংগী ৱৌবু ওইবা লাইশিংমু মীতৈ লৈবাক্কীগুমনা তোঙাল তোঙাল লৈহল্লি। ফুঙ্গাগী লাই, লৌশিংগী লাই অমসুং লালোল ঈতিল্কী লাই অমসুং অক-ফত্তগী লাই কয়া থায়দোক্লা থমই।

লন-থুমগী লাইবু "শায়-শিন" লনগী লাইবু 'কুৱান্টি', অমসুং মহৈ-মশিংগী লাইবু "ৱাং-চঙ" কৌই।

সনাখোংনাং, তাইরেন অমসুং উইচান পাম্বীবু অশেংবা উশিংগী মসুং চল্লি।

খাগীগী অমদি ধর্ম্মগী লুচিংবা অসিগী মশাগী অশেংবা মমিংদি "ইরহ" ( ERH ) কৌই। ধর্ম্মগী লুচিংবা অমা ওইরবা মতমদা মহাকপু "লাও-জু" হায়না থংনখি। চান নিংথৌশিংনা খৃঃ মমাং ১১২২ দগী ২১১ ফাউবা খাগী লৈবাক্তা পানখি। "লাউ-জু" চান নিংথৌশিংগী কোনুংগী পণ্ডিত লোইশংদা মতম সাংনা থবক পুৱমই।

মশাগী চহি ২০০ সুৱকপা মতমদা নোঙ্গাখি। মহাকনা লিংখৎলম্বা ধর্ম্মগী মমিংবু খৱাইনা 'টাও" ধর্ম্ম হায়না থংনৈ। "টাও" হায়বদি "খৱাইদগী অথোইবা লম্বী" হায়বনি। মীওইবনা হিংলিঙৈগী পুন্সিদা চৎকদবা অথোইবা লম্বীবুনি। খাগীশিংনা "লাও-জু" না পুথোক্লম্বা ধর্ম্মগী পথাপ অসিবু খৱাইদগী থাজনা লৌই।

মতু দা"হান" নিংথৌশিংনা খৃঃ ২৩ দগী ২২০ ফাওবা পানবা মতমদা মহাক্কী ধর্ম্মগী পথাপপু খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা থাংগৎপা ঙৌখি। অদুগী তুংদা "টাঙ" নিংথৌশিংনা খৃঃ ৬১৮ দগী ৯০৭

ফাওবা পানবা মতমদগী ধর্ম্মগী গুরু অসিবু অথোয়বা লাইনি হায়না শক্তম শাদুনা লাইশংশিংদা ভগবান বুদ্ধদেবগা পুন্না লাৎমিন্নবা হৌখি। মহাক্কী থৱায়না হৌজিক ফাউবা নোং-মুংশিং মরক্তা আতিয়া মংক্তা চীংলাইগী মশক ওইনা পায়দুনা লৈরি হায়না খাগীশিংনা থাজনরি।

হৌজিক্কী মতমদা খাগীশিংনা "টাও ধর্ম্ম" কনফুসিয়সগী ধর্ম্ম অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্ম লাইনিং লোন অহুমসি পুন্না চংলি। টাও ধর্ম্মদগী লাইনিংলোন অমসুং পুন্সিগী অফ-ফত্ত খায়না লাইতিন থুরুম্বগী পথাপশিং লৌই। কনফুসিয়সকী ধর্ম্মদগী মীওইবাগী পুন্সিগী লিচং-শাজৎ সমাজগী চংনা পথাপ অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা অচৌবা ডৌংসবশিংগী যৌরম পথাপ লৌই অদুগা বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী মীওইবনা তুংদা ওইরক্কদবা, অরানবা খুভম ফংনবাগী পথাপ অমদি অতোপ্পা মপোক্তা ওইরুগদবা পুন্সিগী ফনবা তাকপা ধর্ম্মগী পথাপশিং লৌই।

———

